শরৎ চন্দ্রগী

# আসার আশায়

( ওহাকপগী আশাদা )



শরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়

হন্দোকচবা

রঘুমণি

কোঙজবী—
শ্রীমতি এল, সনাহনবী দেবী
ব্রহ্মপুর, নহাবম।

অনিশুবা থুংনম ১৯৮৮ ইং
কোপী মশীং ১০০০

মমল লুপা ২৮.০০

ফংকম—
দেবলা বুক ষ্টোর
মসজিদ রোড, ইম্ফাল।

নম্কম—
দেবলা প্রেস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ অনিদং

সাহিত্য জগৎতা শকাইরবা সাহিত্যকার শ্রীশরৎ চন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী আসার আশায় (হন্নকপগী আশাদা) বু মৈতৈলোন্দা মহাক্কী অপাবশিংগী মিৎয়েং-মাংদা লান্থোকচরি। লাইরিক অসিদা সার আশায়, একাদশী বৈরাগী, রস চক্র অমস্তুং অভাগীর স্বৰ্গ, মরী মরি অসি পুশিনবনি। হন্দক্কী খুৎনম অসিদা খরমথৈ শেদোক-শেমজিন তৌবা অমস্তুং য়ারিবমথৈ লায়থোক-হল্লনবা হোৎনবদা ৱাহৈ-ৱাতানচিংবা খরা হোৎদোক-কোৎজিন তৌখিবা খরা য়াউখি। অদুগা অসিগুম্বা মিৎচৎ লৈরবা অইখোয়গী মশক-মখল নাইরবা লাইরিক অমবু মশাগী লোন্দগী অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা হায়বসি অশোয়-অঙাম য়াউরোই হায়নিংঙাই লৈতে। অদুম ওইনমক বঙ্গদেশকী মশক নাইরবা সাহিত্যকারনা ৱারেং অসিদা পীরিবা কাউক্কমদবা মতাম পামজকুবনা লাইরিক অসি হন্দোকচকুবনি।

লাইরিক অসি কোৎদোকুবগীদমক ঐগী ইয়াম্বা শকুবা খুমরগা শ্রীমোইরাংথেম ইবোতোম্বা (রিভিনিউ অমস্তুং ভেটিনারী মিনিস্টর) না মহৌশাগুম অচৌবা মতেং পীবিরকপদগী লাইরিক অসি পাবিরিবশিংগী নুংশি-মিৎয়েং-মাংদা লান্থোকচনবা খুদোং ফংজবনি। অদুনা থেংবাংবিরিবা ইয়াম্বা অসিগী মকমদা পুক্নিংগী শিংথাবোইদবা নমন তোনশিনরে।

হন্দোকচবা—

# আসার আশায়

## ( কল্লকপগী আশাদা )

পূন্সিবু ঈশৈগা চাংদয়বা য়ারোইদ্রা ? কম্রি কায়বগে ? ঈশৈগী মতৌগুম পূন্সিগীসু লয় ( তান্থা ) অমা লৈ। লয় অহু ঁকরিগুম্নদনা থুজিল্লি—করিগুম্বদনা তপ্লি। কনানা বেঙ্গুল খোংহনা খোঙথাং য়াংনা চংলি— অহুগা কনা অমনা অতপ্পা খোঙথাংনা মতম শাংনা তুংদা শোথনা চংলি।

খোঙথাং মাম্নমা থাংহনা চংপা ঙম্বা মখোয় অহু মম্নাইবক ফবনি।

ঐগী লাইবক্তুদি মহু তম্লমদ্রে। মহাক্তি মাইপাকপগী নাপলগা লোয়ননা চংখ্রে— অহুগা ঐদি ! থিরবা লাইবক্তি ঐগী !

ঐবু উবদা নখোয়না শোয়দনা অঙাওবীনি থল্লিনিনে ? মহু থনবা য়াই। ঐগী ফিজেংকা পুন্সিগা ওস্থোক্লা পক্লেননা !

ঐগী থুংকী খুজি ইরুং লংই। ঐগী শিংগ্রেংগী সিন্দুর ইঙাং ঙাংই। ঐনা শেংলিবা অসি ফিবাল পাক্লা অঙাংবা চনবা শাড়ীনি।

অহুবু মঙুংলাংগীদমক পূম্নমক অসি— মহাক অহুদি লৈত্রে।

শেংবা হায়রিবসিনি— নত্তে, নখোয়না অহুম্না নোকন্নু। চিবোল চিবোল ঙাংনগন্নু, ঐবু অঙাওবীনি হায়না। শেংনা হায়রিবসিনি— ঐ অঙাওবী নত্তে। অহুদি ঐ করি ? তাবিরিব্রা ! না অহু পনগদবা ফাওবা ঐ য়াম্না কীজৈ ! থাঙ্গৈমক শেংনা মহাকপু নৈত্রব্রনে ?

ঐনা মী কয়াদা হংলে, সাধু-সন্ন্যাসী কয়াগী মখোঙদা ইন্নাইবক শুগায়জগ্রবনি— অহুবু কনানন্নু ঐগী ন্নাহংগী পাউখুম পীন্নরোইদ্রা ? অহুদি খঙলে, না অসিগী পাউখুম নৈত্রে।

নখোয় কনাগুম্বা করিগুম্বা তাকপিবা ঙম্নবদি লাইবক থিবী ঐগী ন্নাম্না কান্নগনি।

তাকপিবা ঙমগদ্রা ? আঃ— ঈশ্বরনা নখোয়বু য়াইফনন-বিনন্নু— অতৈ করি হায়গনি— পূন্সি নুংশাংহনবিসন্নু হায়গদবা কীজৈ,—কীন্নিবনি, আশীর্বাদ তৌব্রা হায়রবু অভিশাপ তৌবা ওইনা থোকখিগদ্রা হায়না !

অহুবু তম্নগে, তারো—

শজিবু থাদা মালিকা অথোনবা উরব্রা ? কুংলবা মনা মরক্তা অপোম্বা নৈরাং তুমহুনা নৈ। বসন্তগী কোকিলনা খোংবদা মাবু হৌদোকপা ঙমদে। লিরি লিরি হুম্বা নামিবগী পান্নবা পূম্নমক মানা থৌওইদনা কনদোননো নাংঙাইদনা তুমহুনা নৈথোকই।

অহৃগী মতুংদা, বসন্তনা য়ামা চংনিংদনা চংগ্রবদা— মতম অহূদা মরাইবক থীরবী অপোম্বা লৈরাংশিংহু মওং অমদা মুমিং ছুম্নিগী মনুংদা শাংলকই। মতম অহৃদা মাগী চান্নথোইবা চা-জরেং মাংজৈ। মুমিংকী য়াক্লবা নুংশানা মঙোন্দা য়েহংতুনা নুংশি হৈজনা করেম্ম ! ক্বাকলানগী লাক্লা লাক্লা খোংবা তানা তানা মুমিং তারকপদা মহাক লৈখোক্তগী কেন্দুনা তারকই।

ঐ লৈরাং নত্তে। অহনা কেন্দুনা তাখিদে। চোরজায়ননা কেন্দুনা তারম্নবদি পূম্নমক লোইরম্নগদবনি।

য়ামা লাইরবা ইমুংদা পোকপা নত্তে। বাবা অহুগুম্বা ডাক সাইটংগা অচৌবা মাস্তু ওইরমদে। অহুবু মতম্মা ঐগী লাইবক থিনবগী মশক ওহহনখি।

তাখি— ঐগী ঈ থাংনা ঙৌরবা কুচনা খোঙদা য়েকপা আলতাগী কজবা হেনগংহল্লি। অমুবা শম্লাংনা খুমিং থুম্না শাংই। অতৈ কয়া কয়ানি।

পূম্নমক অসি ঐনা তাখিবা রাকম্নি। অচুম অরানদি ঈশ্বরনা খঙলিনি। নখোয়না মহ খজিক্তং খঙবা ঙম্বরা ?

করি য়েংলিবনো ? নত্তে, নত্তে—মসি শাজিনবা নত্তে— ঐগী চিনবান্দি মহৌশানা অস্নম্না তৌই। মসিত্তুরা ? চাথুংবা নত্তে— মসি শমক্রুনি। মসি পোকপদগী য়াউরক্লবনি।

মসি উবদগী সন্ন্যাসী হন্নুবা অহুনা হায়খিবনি মহুদি, ঐ নিংথৌগী রাণী ওইগনি।

ওস্তোকপনি ! করিগুম্বা হায়রমগ্রবদি ! হন্নুবনা হায়খিবা অহুমক ওইরবনিনে !

ওস্তোকপনি, করিগুম্বা নুমিৎ অহুগী অযুক্তা লৈগী কৈথেল মচাদা চৎচরমগ্রবদি। গঙ্গাজল নত্তুনা শিবা পূজা তৌবা য়াদত্রা ? ইমাদি পুম্নমক্তা খিং হেনগৎকল্লি। মহাক্তা লৈ পাম্মী, নত্রবদি শিব পূজা তৌবা য়ারোই। অহুগা মহাক্তা কমদোনবু খঙগদ-গেদো ? অহুগা নিংথৌগী অপাম্বস্তু অঙকপনি ! সংসারদা লম্বী অস্তুক য়াম্না লৈরি—মহাক্কী চংননবা লম্বী ঐখোয়গী পুম্রি মপালগী খুরবা লৈরক অহুদা ওইররি।

ভারম্মী, নিংথৌ লেংলক্লি, নিংথৌ লেংলক্লি ! ইচৌ-ইয়া কাহুনা নিংথৌ য়েংলম্মী। পুক্লিংদা খল্লম্মী, খঙলে মাগী মখুৎ মরি পানবা উগনি। ওস্তোকপা হায়বহুনি, মতম অহুদা হৌহুনা চেন্দুনা ইমুংদা চংশিঞ্জরম্লবদিকো !

নিংথৌবুদি ইবুংঙোখোয়, মী কয়ানা য়েংনরিবনি। লাইবক্তি কনানস্তু তস্বা ঙম্বা নত্তে !

নুমিৎ অহুদগী হৌনা মীনোক খাংবা রারম্মী। পুক্লিংদা খল্লি, মীনোক অহুগী মরুমদা মচিন তুম্লবা ছুরি মিং থক্লা লংলি।

নিংথৌনা নোক্কুনা হায়রম্মী, "নুপীমচা, নহাক্কী নমিং করিনো ?"

—ঐ ঈকাইবনা শিগদোই। লু লুক্না নুংবংননা লেপতুনা খোঙ ওইগী খোঙবীনা লৈবাক্তা তক্লম্মী। ইমিং নিংশিংবা খোক্তে। নাকোং মনুংদা চিঙ চিঙ লাউই। মাতোন্দা ছুমাং মরিক মরিক কারকই।

নিংথৌনা অমুক হায়রম্মী, "কয়াদা ঈংগ্রবা— কয়াদা রাশি লৈগ্রবা— কয়াদা ফজগ্রবা— মসিদি শুপ্নগী ঐগী য়ুমদদা মতিক চারগদবীনি !"

নুমিৎ অহূদগী মাইকৈ মরিনা মুশুক মুশুক ডাংনবা হৌখি। ঐগী খম্নোয়-নুংদা কৈনোমা তৌরকখি।

কর্দায়, নিংথৌগী পাউ লাক্লি করিগীনো? ওস্থোকপনি, হে লাইবক চাউবী। —মমৈথংদা নহাক্কী পামজবা থুংলবোই !

পাউ লাক্লে, মতম অহূদা ঐ ডাওচংনরম্মী। অমুক তপথবা অমদি খাংবা ডম্লমদে। খঙদে, কয়স্থা তাঙ্গাদমো কুমারনা ঐবু উখিহুনা চাব-থকপা চংবিখিদবা।

খুংপায়-মুংবায় ফাক্তোক্লুনা পাঞ্জিনা লুহোংবগী নুমিৎ লেপ্লম্মী— ইঙেল থাগী পূর্ণিমাদা।

নোং-মুংশিৎ শাথীনা কন্না তৌখি নুমিৎ অহূদা !

শেংনা তম্লিবনি— মুংশিৎ অতুনা লুহোংবগী মন্ত্র পুম্নমক ডম্না ছুমদোকখি। শুপ্নগী ঐখোয় অনি অমগা অমগা য়েংনরম্মী— অমুকখক্তনি ! মহূগী মতুংদদি নোং-মুংশিত্তা মৈ পুম্নমক মমথি—

ঐখোয়গী ভকশয়গী কুন্ডো পবেং মতং মতং তংদুনা ইচায় চায়না কদায়দনো পাইখোকখি।

ঐনা কুমারগী মথুকময়াদা কৌখি-কৌক্রুমবা হায়রম্মী, "তাবিরিত্রা, ঐ য়াম্না কৌরে।"

মহাক্না চিনবান ময়াদা চিনবান পুশিল্লক্লগা হায়রকই, "তারিত্রা, খয়গা চংশিল্লকউ— ঐগী ইথাদা চংলকউ।"

ঐ নিক্না নিক্না— নোং-মুংশিং ময়ক্তা উচেক মচানা মপীগী মথাদা তুম্মী,— মতৌ অহুম্না তুমথরম্মী।

অয়ুক্তা মিংকপ থোরকপদা উরম্মী, কদায় রাজকুমার,— মলিদি ঐখোয়গী মীনাই নুপী হমুকীগী তম্পাক্তি।

মাগী মাইখোংদা য়েংলম্মা, মমিংতগী মপী শিন্থরম্মী। য়া ডাংনবা থৌনা নৈরমদে।

উরম্মী, মপালদা নোং ফুইনা চুরি— ইমুংগী য়ী পুয়মক পী তানবা উরম্মী। উনা-রানাদা নুংশিংনা চু চু চুম্লম্মী। ঐগী পুকচুংদসু অহুম্না কয়া নুংশিং শিংলকপগুম তৌই। পুক্নিংদা কপ্লিংলকই। পীদি তারক্তে। চঙক্লনা নৈরম্মী। অহিং অমদা ঐগী হকচাংগী ঈ পুয়মক— মিংকী পী পুয়মক অথাকপা অমুক লৈতনা কনানো চুপখোকখিরয়ে।

অহুমী মতুংদগী কুমারনা অমুক উরশিজ্রে। ঈকাইবনা কনাদসু হংনুরা ঙম্রদে, মহাক কদায়দা লৈরগে হায়বা।

অচৌবা য়ুমজাও অহুগী মনুংদা পোনগী চেক্লাগুম লৈরম্মী। ঐবু অউবশিংনা কপ্লে— ঐনা ঙক্লা য়েংলম্মী।

অরোইবা ওইনা নোংমা শিংখোমচাগা উম্নরম্মী। নুমিৎ অহু ঐ তুম্বা ফংদমাল্লে। বা কয়া মহাক্কা হায়রম্মী; মহুগী অর্থ মতম অহুদা খঙলমদে। হৌজিকপু মহু পুম্নমক খঙলুরবনে!

মহাক্কা হায়রম্মী, অমুক উম্নগনি। অহুবু কৈদৌঙৈ উম্নগদগে মহুদি হায়রমদে।

হায়রম্মী, মহাক ঐবু থাদোক্তুনা কদায়দগম্ব লৈবা ঙম্লোই। মহাক্কা থিংলম্মী— ঐগী শিংগ্রেংগী শিন্দুর মুথৎপা— ঐগী খুংকী খুজি লৌথোকপা। অহুনা সিন্দুর হুসি— অহুনা ঐগী চান্নদ্রবা খুৎ অনি অসিদা খুজিনা হৈরং লংলিবনি।

হৌজিক নখোয় কনা অমস্তনগম্ব চানবিহুনা তাকপিবা ঙম্রোইদ্রা, কুম য় কৈদৌঙৈ লাকদগে? মহু কম্নিনো! নখোয়গম্ব চঙকুনা লৈরবা! লিংবা কাম্নবা মিংবেং অহু ঐ লাকপা ঙমদে!

নত্তে, নখোয় পুম্নমক লাইথিবা? বা ঙাংলরোইদ্রা? ওন্নাকপনি ওন্থোকপনি— করম্না লৈবাক্তো নহাক্কা ঐবু শস্থিরম্নিবা অমিবু, কুমার? কো ইমা! নখোয়গী মিংলুদগীহু কম্নিনোম্নি? মী নত্রেমনা? মহু কম্নিনো? নখোয়সু বা ঙাংলরোইদরা? অহুদি কনানা ঐত্তোন্দা তাকপিগনি— কৈদৌঙৈ নহাক লাকদগে কুমার?

---

# একাদশী বৈরাগী

কালীদহ খুঙ্গংদু ব্রাহ্মণ য়াম্না তাবা লম্লি।

খুঙ্গং অদুগী গোপাল মুখুয্যেগী মচানুপা অপূর্ব্ব অঙাং ওইরিঙৈদগী মাগী মতুংদা অঙাং য়াম্না ইল্লি। হন্দক মহাক চহি মঙা-তরুক কলিকাতাগী বোর্ডিং অমদা লৈরুদুনা ওন্‌র্স ফংলগা খুঙ্গংগী চাউখৎনবা হোৎনরবগী ওমথৈ নাইদে।

খুঙ্গংদা হোত্রোং-হোরাংবা হাইস্কুল অমথক লৈ— মহাক্না লেঙ্গাশিং মরক অদুদা স্কুলদুদা লাইব্রিক তম্বগী তাক্কক লোইদুনা সন্ধ্যাহ্নিক পূজা থাদোক্তুনা শিখা ককথৎতুনা খোঙগ্রাই নিঙ্কুনা লৈনরম্মে; অদুবু কলিকাতাদগী হল্লকপা গ্রেজুয়েট পাখং অদুনা মশম শাংহনবা শিখা থাকপা উবদা গুপ্নগী নহারোলশিংদা নত্তে, মখোয় মখোয়গী মপাশিং ফাওবনা ওক্না য়েংনরি।

সহরগী সভা-সমিতিদা শরুক য়াররকপা, জ্ঞান লৈবা মীওই-শিংগী লেকচর তাবা, মদুদগী অপূর্ব্ব সনাতন হিন্দুশিংগী অথুপ্পা রহস্য কয়া মাগী থম্মোয়দা কাওদুনা মরমদমদা হল্লকপনি।

হৌজিক মরুপ-মপাংশিংগী মরক্তা মহাক্না মহুমক খোঞ্জেল হৌনা শন্দোরকই মদুদি, হিন্দু ধর্ম্ম অসিগুম্বা সনাতন ধর্ম্ম

অমমুক লৈতে ; মরমদি মসিগী শিল্লম্লিবা খুদিংমক বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদনি। শিখা খাকপগী কান্নবা, হকচাং কনা থম্নবগী মাইকৈদা সন্ধ্যাহ্নিক পূজাগী থোইদোকপা দরকার ওইবা, লকোই অশংবা চাবগী হকচাংগী ওইবা কান্নবা, অসিনচিংবা খওওমদ্রবা কয়াগী অথুপ্পা শন্দোক্লা ভাংবা তাবদা খুঙ্গংগী অভাং-অহল পূম্নমক অখাকপা লৈতনা শুমহৎনখ্রে অমস্তং মহুগী ফল অস্নুম্না ওইরক্লে মহুদি, থিন্দনা নহারোলশিং শিখা খাকপদগী হৌহনা সন্ধ্যাহ্নিক, একাদশী, পূর্ণিমা অহুগা গঙ্গাস্নানগী ৱাকমদা ইমুংগী মুপীশিং ফাওবা মাইথিনখ্রে।

হিন্দু-ধর্ম্ম অমুক হন্না কন্নবা, মরৈবাক কন্নবা অসিনচিংবা কল্পনাদা পাখংগী কাংলুপ পুল্লাং লাংনখ্রে।

অহলশিংনা হয়নরকই, "হোয়, গোপাল মুখুয্যেগী মচানিদনা! ইমা কমলা (দূর্গা) নস্তু চানবিরকপননি. অদুনা মাগুস্বা মচা কংজ-রিবনি। অদু নঙ্গবদবু হৌজিক মতমগী অস্নুক ৱাংনা ইংগ্রাজী পাশ তৌরগস্নু অস্নুক নহা ওইনা ধর্ম্মদা মপুক্লিং চংলকপা মীশক্তি থোইদোক্লা অতাংবনি!"

মরম অসিনা মরৈকাইদা অপুর্ব্ব চাংদম্লিংভাই লৈতবা মীশক অমা ওইরক্লে।

মহাক্কী হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপা, মৈখু থকপা থিংবা, ওক্ত-শাজং নমথবা —সভা অহুম অসিগী অকনবা ঈহৌনা খুঙ্গংদা লৌউ-শীংউবগী কাংবু ফাওবা থোইদোক্লা মীপাইহল্লে।

পাঁচকড়ি তেঙ্গরনা য়ু থকচিল্লগা মতু ফুই হায়বা পাউ তাহনা অপুর্ব্বনা মাগী কাংবুগা লোয়নলা পাঁচকড়িবু অস্তুকী মতিক শাথীনা চৈয়াক পীরম্মী মহুদি, মথংগী থুমিংতা পাঁচকড়িগী লুপীনা মপুরোইবু পুহনা চেনখি।

ভগা কাওরা অথেংবা অহিংদা পাংতা ঙা কারুরগা মমুমদা হল্লকপদা লম্বীদা গঙ্গা থক্লিংবা থাংগমদহনা হায়ত্রা করিমো বিদ্যাসুন্দরগী মালিনীগী ঈশৈ শক্লুনা চংলম্মী। বামোন লৈকাইগী অবিনাশকী মনাকোং য়ৌথি, মকাক্তা মাবু মনাতোম্দগী নাহি তারক্লবদা থাদোকপিথি।

দূর্গা ডুমগী চহি তরামরি-তরামঙাদা ঙাইরিবা মচাম্মপানা বিড়ি থক্লুনা লোবুক্তা চংলম্মী ; অপুর্ব্বগী কাংবুগী অঙাংশিংনা থেংনজুনা মনঙ্গলদা অচাকপা বিড়ি মতেক অহু নমহুম উনশা হুদোকহনখি।

মতৌ অম্মুম্না অপূর্ব্বগী হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোকপা অমম্পুং ওক্ক-শাজং নমথবা সভাগী মশা-মরেংনা হশেং তশেংনমক কালীদহ খুঙ্গং পুস্বা থনজিনখ্রে।

হন্দক্লি জ্ঞান-লৌশিং চাউথংনবগী মাইকৈদা য়েংশিল্লবদা অপুর্ব্বনা উরে মহুদি, স্কুলগী লাইব্রেরীদা শশীভূষণগী মানচিত্র থরগা বঙ্কিমগী উপন্যাস থরগা নঙনা অতৈ করিস্নু লৈতে। অসিগীদমক্তা মহাক্লা হেডমাস্টরনা অশাকপা লৈতনা হল-শাবমথৈ পেড্রিং থোক্লা ঙাংলল্লগা মথৈথংদা মশামক্তা লাইব্রেরী অমা লিংখংনবা মখাংদা থাংচেং লাকখংখ্রে।

মহাক্না সভাপতি ওইহনা শেল খায়নবা খাতা, নিয়ম-কানুন অমসুং লাইব্রিকী লিস্ট শেম্বদা অমুক থিন্নখ্রে।

অমুক কুইবসি নুপামচাশিংগী ধর্ম্ম শন্দোকপগী হনবা লৈত্তবা মথোনাহু খুঙ্গাশিংনা করিগুম্বা মওং অমদা খাংলক্রিবনি। অহুবু নোংম-নিনিদংগী মনুংদা মথোয়না শেল খায়বগী উপদ্রব অহনা খুঙ্গংগী য়ুম পুবা ভদ্রলোকশিংবু অমুকী মতিক মীপাইহল্লে মহুদি, নাকল্দা খাতা য়েপ্পা নুপামচা উবমক্কুদা মথোয় থোঙ লোন্দুনা লোৎনরে।

অপূর্ব্বনা ময়েক শেংনা উবা ফংলে, খুঙ্গংদা ধর্ম্ম শন্দোকপা অমসুং ওক্ত-শাঙ্গং নমথবদা ফংখিবা অহুক পাক-চাউবা লম্বা অহুগী শকুক চামা থোকপগী অমা ফাওবা লাইব্রেরীগী শেল খায়বদদি ফংবা ঙমদ্রে।

অপূর্ব্বনা করি তৌগদগে খল্লম্মী, অসিগুম্বা মতম অসিদা খঙহৌদমা থোইদোক্না মঙাল অমা হাইফেং উরকখি। স্কুলদগী থোহনা লাপ্পনা লৈরিবা ইঙ্গোল-লমহাংদা নোংম্মা অপূর্ব্বগী মিৎয়েং চিংশিনখি। তাখি, মহু একাদশী বৈরাগীগীনি। থিজিনবদগী খঙলম্মী, নুপা অহু করিনো তুকচনিংঙাই ওইবা সামাজিকী ওইবা মরাল অমদগী খুঙ্গংগী ব্রাহ্মণশিংনা মহাকী থোবী, নাপিত, পোৎচোয় য়োনবনচিংবা শিনফম পুম্নমক থিংহনা চহি তরাগী মমাংদা মযুম-মকৈ থাদোকহন্দুনা তাম্মোকখি। হৌজিক মহাক অরাংলোমদা য়ুথক অনি লাপ্না লৈবা বারুইপুর

খুঙ্গংদা লৈরি। মুপাহ্ মরল-মথুমদা কুবেরগুপ্মী ; অদুবু মহাক্কী অশেংবা মমিং করি কৌবগে হায়বদুদি কনানস্থু হায়বা ঙমদে—হঙ্গোইনবদগী মতম কুইনা পল্লখিদবনা ময়াম্না মাগী মমিং কাউনগ্রে। মতম অদুদদি হৌনা একাদশী হায়বা বৈরাগীমহাশয়গী মমিং চংগ্রে।

অপূর্ব্বনা খুবাক খুদুনা হায়রকই, "শেলদা কুবেরগুপ্তা! সামাজিক্তা লৈখা তাবরা। অদু ওইরবদি মাবু লাইব্রেরীগী শেলকম ভন্ধার অমা পুহনবা তাই। অদু নত্রবদি মকম অদুদা ধোবী, নাপিত, পোংচোয় য়োনবগী শিনকম ফাওবা থিঙ্গনি! বারুইপুরগী জমিদারদি ইচেখোয়গী মরি-মতানি!"

নহারোল হয়াওনরে অমস্তুং খিস্থদনা ডোনেসনগী খাতাদা বৈরাগীগী মমিংগী নাকন্দা অচৌবা অঙ্ক অমা ইগ্রে।

একাদশীগী মফমদগী শেল খায়গৎকনি, পীরক্রুবদি অপূর্ব্বনা মচেগী মরি-মতা অদুদা হায়নদুনা বারুইপুরদস্থু ধোবী নাপিতকী শিনকম থিংহনগনি।

পাউ ফংদুনা রসিক স্মৃতিরত্ননা লাইব্রেরীগী য়াইফনবা মতিক চাবা পাউতাক পীরম্মী মদুদি, করে, অপুনবা শেলফম অমা পীরক্রুবদি মহাপাপীদু কালীদহগী সম্পত্তি কমদৌনা কনবগে য়েংবা হায়রদুনি।

মসিগী মরমদি, লৈনত্রবনা লমহাং ওইরবা ইখোল অদুবু একাদশীনা য়াম্না লুনা নিংজৈ, স্মৃতিরত্ননা মদু থঙদবা নত্তে।

 

চহি অনিগী মমাংদা ইখোল অহূ লৈশিল্লগা মশাগী থাগান চাউথোকহনগে হায়না খন্দুনা মহাক্লা ঙমজবমথৈ হোংনখিবদা মনিং থুংবা ঙমখিদে। মহাক্লা ব্রাকম অহূ হৌদোকউবদা একাদশীনা সাধু ওইবা মীশক্কী মতৌগুম মনাকোংদা খুদোংথীনা মেন্দুনা হায়খি, "অহূম্না তাকপিগনু আজ্ঞা-ইবুংঙো, লম মচেং খজিক্কুং অহূগী মহুৎতা ব্রাহ্মণগী মকমদগী শেল লৌবা ঐ করিগুম্বা মওংদস্লু ঙমজরোই। ব্রাহ্মণগী সেবাদা শিজিন্নবা ফংজবদি ঐগী পুরোন তরেংকী লাইবক ফবনি।"

স্মৃতিরত্ননা থোইদোক্লা মপুক্কিং পেল্লহুনা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবগীদমক মঙোন্দা আশীর্ব্বাদ চবুল অমা হৈথবিরম্মী।

অহূগী মতুংদা একাদশীনা মখুৎ লোয়নহুনা নোল্লুক্লা হঙ্গৎচখি, "অহূক্কী মতিক ঐগী ইরাইবক থিগ্রে মহুদি, পুরোন তরেংতগী লৈরক্লবা ইখোল অহূ থাদোক্লবা উপায় লৈজদে। বাবানা শিরমদায় মতমদা কোক্তা মখুৎ থমহুনা ঈশ্বর পন্দুনা তাকশিরম্মী, চরা ফনা হেন্দুনস্লনে নুপামচা, ইখোল কৈদৌঙৈদস্লু থাদোকনুকো!

অসিনচিংবা কয়ানি। মহূগী শাউনিংবা স্মৃতিরত্ন হৌজিক ফাওবা কোক্রি!

নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা নোংমা অয়ুক্তা নহারোলশিংগী কাংবু অহূ য়ুথক অনি মখোঙনা চৎতুনা একাদশীগী য়ুমদা থুংলরে।

য়ুম অহু লৈবাক্তা লৈরং তাহনা শাবনি, অতুম ওইনমক তরু তরুই। উবদা লক্ষ্মী চেনগদবা মাল্লি।

অপূর্ব্ব নত্রগা মাগী কাংবুগী মীওই কনানস্মু একাদশীবু মসিগী মমাংদা কৈদৌঙৈদস্মু মশক উথিদ্রি;- মহাক্কী শুমাং য়োৗরকপমক্তদা মখোম্ম ঈশিং খোৗরাংবনা থাংজন্নক্রে।

মুপা অসি শেল পাম্মবদা কুবেরগুপ্তস্মু ওইসমু, ওইনিংবা ওইজসমু, লাইব্রেরীগী মরিদা মহাক্কা মফমদগী কান্নবা মরিক অমা ফাওবা ফংলোই, মতুদা চিংনিংভাই লৈরে।

একাদশীগী শিনফম শেন্দোয় চাবনি। চহি হুমফুগী মথক্কি। [illegible]। 'পূস্বা মহাং কংবা অতুক শিগ নৈ। মভবশম থম্না তুলসীগী উরিক শি। কোয় মুং কোকই, মশক উবদা মরেক-মহাও চেল্লম-গনি নিংদে। চুনা মশাগী রস কোলুগী মাকন্দা ইন্দোকগ্রগা মমৈথংদা মশামক শীং ওইদুনা মৈ থাদোকুনা উং ওল্লি, মুপা অসিনা মতৌ অহুম্মা মীওইববু মৈ থাহনা উং ওইহন্নবগীদমক্তা মশাগী মীওইবগী গুণ পূম্নমকপু শুমদোক্তনা হুন্দোকখ্রগা মহাজন ওইদুনা ফমদুনা লৈরি।

শুপ্নগী মাগী মশক উবদদা অপূর্ব্বগী মপুক্কিং খোইরাং-খোইশাউনরকই।

মাঙ্গোলদা থারিবা মোম্পাক মথক্তা একাদশী ভাম্ভোইরি। মহাক্কী মমাংদা উগী বাক্সি অমা লৈ অমসুং মচি অমদা হিসাবকী খাতা মপৈ অমা লৈ।

মশাদা ফুরিং লিংতবা উরিক-লুগুণ থাংবা হনুবা হিসাব শুবা নুপা অমা লৈ। শ্লেটতা শেন্দোয়গী হিসাব তৌরি; অহুগা মমাংদা, নাকন্দা, মাঙ্গোলগী উখোঙ মরুমদা নহা-অহল নুপী-নুপ। কয়া মওং কয়াদা মাইথোং মক্না ফম্লি। কনানা শেল পুবা, অহুবু কনাগুম্বদি শেন্দোয় পীখৎপা, কনা অমনা শুপ্নগী মতম খরা ঙাইবিনবা হায়জবা লাক্লিবনি; অহুবু কনাগুম্বদি শেন্দোল শিংদোকপা ফম্লরিবনি, হায়বদি মখোয় কনাগী মাইথোং উবদা খল্লুবা ঙমদে।

খঙংখৌদনা শকখঙদবা ভদ্রলোক নহারোল খরা উবদা একাদশীনা চঙক্লনা য়েংলকই।

হিসাব শুরিবা নুপাহুনা শ্লেট অহু থম্নগা হংলকই, "কদায়-দগী লেংবিরক্লিবনো?"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "কালীদহদগীনি।"

"ইবুংঙোখোয়বু?"

"ঐখোয় ব্রাহ্মণ ঙাক্তনি।"

ব্রাহ্মণনি হায়বা তাবদা ঙৌফম খঙদনা হৌগংলগা একাদশীনা মকোক নোন্দুনা খুরুম্মী; হায়রকই, "লেংশিনবিসি!"

ময়াম ফম্লবদা একাদশী মশামকস্থ ফমথরে।

হিসাব শুবা অহুনা হংলকই, "ইবুংঙোখোয়বু করি দরকারগী লেংবিরক্লিবনো?"

অপূর্ব্বনা লাইব্রেরীগী কান্নবগী মরিদা ইচমচম্না য়াহৌদোক ওইনা খরদং হায়রগা, শেলখায়গী য়াকম পনগে তৌরকপদা উরে, একাদশী মমাই মাইকৈ অমদা লৈথোকখ্রে।

একাদশীনা উখোং মরুমদা লৈরিবী মুপী অহৃদা হায়রি, "নঙবু ইঙাও ঙাওরব্রা হারুগী মমা ? শেন্দোয়দি লুপা তরেংকা আনা অমা কারে ; মহৃগী আনা অহৃ তানা লৌগদবগী শরুকপুদি ঐগী খৌরি অসি মেৎতুনা থোক হেক হাংতোক্লক্রিবা করিগীনো ?"

অহৃগী মতুংদা মখোয় অনি অস্তুক্কী মত্তিক কন্না য়েংনরক্লে মহৃদি, আনা অমখক্তং অহৃ থাদোক্লরবদি শিদ-শিরগদবা মতা-গুম্মী। অহৃবু হারুগী মমানা লেংদবগুম একাদশীস্তু খোঙকম চেংলি।

মতম থেংজিল্লক্লে হায়হৃনা অপূর্ব্বনা মখোয় অনিগী য়া ককখোক-ককশিন অহৃগী মরক থংতুনা হায়রকই, "ঐখোয়গী লাইব্রেরীগী য়াকমহৃবু—"

একাদশীনা মমাই নৈশিল্লক্লগা তপ্না হায়রকই, "আজ্ঞা, তাজরিবসিনি ;— হোয়নে নফর, নঙনা ঐবু ইকোক্লা নেংতুনা লুপহনগদৌরিব্রা ? লুপা অনি অহৃ হৌজিক ফাওবা শিংদোক্লক্রি, অমুকস্তু লুপা অমা লৌগনি হায়হৃনা লাক্লিবসিবু করিমত্তা ঈকাইদব্রা হায়য়ু ? ঙাইখো, শেন্দোয়-মুংদোয়দি খরা য়াউরকপ্রা?"

নফরনা ফিরৈদগী পৈসা মরি লৌথোরকপমক্তদা একাদশীনা মমিং ঙাংনা হায়রকই, "থা অহুম কারবা নল্লনে ? পৈসা অনি অমদি কদায় ?"

নফরনা মখুং লোন্নহুনা হায়রকই, "অতৈ লৈজদ্রে ; ধাড়াগী মচানুপাদা মখোঙ কোন্দুনা কয়া হায়জ-নোঞ্জরবদদা পৈসা মরিথক পুবা ফংলকই, অরাংপহ্ লাক্লিবা হাপ্তা-কৈথেল নুমিত্তা শিঙ্গংচগনি।"

একাদশীনা মঙক চংতুনা হায়রকই. "অসোম থংবা ফিরৈহু য়েংগে ল্লাও।"

নফরনা ওইথংবা ফিরৈ উংলহুনা রারৌবগী খোঙেলদা হায়রকই, "পৈসা অনিথক্তগীবু মীনম্বা ঙাঙ্গদ্রা মহাজন ? পৈসা পুরক পুরক্লা নখোয়দা নমথাক তৌবা থোরাবী অহু লমশি শিসনু, হায়জরিবসিনি।"

একাদশীনা মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "নঙনা পৈসা মরিদ্রি পুরগা পুরকপা ঙম্মী, অদুগা পৈসা অমিদংদি পুরগা পুরকপা ঙমদ্রবা ?"

নফরনা শাউহুনা হায়রকই, "সত্য, হায়জিন্নবা নত্তে লমশি শিগে—"

অপূর্ব্বনা শাউনিংবা থাংবা অমুক ঙন্নক্তহুনা হায়রকই, "মহাশয় নহাক অঙকপা মীনি।"

একাদশীনা শুপ্নগী অমুক্তং য়েংলকই, করিগুম্বা রা অমত্তা ঙাংলক্তে। পরাণ বাগদী শুমাং ফাওহুনা চংখিবা উবদা একাদশীনা মথুং থংতুনা কৌহুনা হায়রকই, "পরাণ, নফরগী

ফিরৈদা কৰি য়েপ্লিবগে অমুক্তা য়েংলন্মুহাই, পৈসা অনিকা য়েপ লাকখ্রা ?”

পরাণ চংশিল্লকপা উবদা নফরনা শাউহুনা মহাক্কী ফিরৈদা য়েপ্লিবা পৈসা অনি লৌখোক্লগা একাদশীগী মাংদা হুজিল্লক্লে।

খৌদৌ অসিদা একাদশী করিমত্তা শাউদে। পৈসা তক্কক অহু বাক্সিদা হাপচিল্লগা হিসাব শুবা নুপাহুদা হায়রকই, “খোষাল মহাশয়, নফরগী মখিংদা লৈরিবা শেন্দোয় অহু ফংলে হায়হুনা হৌশিনবিরো। হোয়নে, লুপা অমা লৌরগা অমুক কৈদৌনরুগদোরিবনো ?”

নফরনা হায়রকই, “দরকার লৈত্রবদি কৈদৌবা লাকদগে মহাজনবাবু ?”

একাদশীনা হায়রকই, “মথায় অমা পুত্রোমনা। লুপা কানা পুত্রবদি অরেম্বদা মাংহল্লুরগনি।”

অহুগী মতুংদা কয়া তাংল-শক্লুরবা মতুংদা নফর মোড়ল শিকি অহুম পুহুনা চংখ্রে।

মতম থেংজিল্লক্লে।

অপুর্ব্বগা লাকমিয়বা অনাথনা শেল-খায়গী খাতা একাদশীগী মমাংদা থম্লগা হায়রকই, “পীগদবা পীখিরো মহাশয়, ঐখোয় অমুক ভাইবা ভম্নরোই।”

একাদশীনা খাতাহু কাক্তোক্লুনা মিনিট তরামত্তারোম চংনা মকোক্লগীনা লোইবা কাওবা হজিন হজিন য়েংলগা মমৈথংদা

মুংশা মপী অমা হোন্দোক্লহনা থাতাহু থল্লগা হায়রকই, "ঐদি হন্নুবনি, ঐঙোন্দা শেল থায়থা লাক্লিবা করিনীনো ?"

অপুর্ব্বনা করিগুম্বা মওং অমদা শাউজিংবা ফাথরগা হায়রকই, "হন্নুবনা পৈসা পীত্রবদি অঙাং মচানা পৈসা পীগদ্রা ? মখোয়না কদায়দগী ফঙ্গদগে তাকপিয়ু।"

হায়রিবসিগী পাউথুম পীদনা হন্নুবনা হায়রকই, "ইস্কুল লৈরক্লিবসি চহি কুনথরি-কুনমঙা শুরল্লগনি ; কদায়, অম্লক কুইবা অসিদি কনানম্মু লাইব্রেরীগী বা পম্মরক্কেনা ইবুংঙো ? মহু ওইজরসম্মু, মসিদি থোইনা অহূক ফত্তবা থমক নত্তে, ঐখোয়গী অঙাংশিংনা পাগে পাসন্নু পারোই তোকসম্মু, ঐখোয়গী খুঙ্গংপী অঙাংশিংনদি পানরক্লিদনা! করি হায়রগে ঘোষাল মহাশয় ?"

ঘোষালনা মঙক নোমহন্না করিনো হায়থিবহু থঙবা ঙমদে।

একাদশীনা হায়রকই, "মহু মল্লে, শেল-থায় হাপ্পগনি ঐ, মোংমা লাক্কুনা শেল শিকি অমা লৌররো। করি হায়বগে ঘোষাল, মসিদগী হন্থরবদি ফজররোই। অম্লুক লাপ্পদগী নহা-রোলশিংনা লাক্কুনা হায়ররে, অমবু ওইরবম্মু ইমিং থরমথৈ চংলি হায়হন্ননি। অতৈম্মু মী কয়া লৈরিবনি, মখোয়গী মনাক্তদি নিবা চংতে, হায়বগেনহৈ ?"

শাউনিংবনা অপূর্ব্বগী মচিন্দগী বা মচেং অমা ফাওবা থোরক্কে।

অনাথনা হায়রকই, "শেল শিকি অহুখক্কীদমক্তা ঐখোয় অস্থুক লাপ্পা লাক্লিত্রা ? মহুস্থু মোংমা অমুক লাকুনা লৌরগ-দৌরিবা ?"

একাদশীনা মচিন্দা করিনো রাইহ অমা শোন্দুনা মঙক হাইরগা হায়রকই, "উবিরেদনা ফিভম অসে, শেন্দোয়গী ফংফম থোকপা পৈসা ঐনা মখোয়দগী লৌখংনবা হোংনবদা কয়া রারিবা ? অহুনা লিমোন অহু য়োস্থোক্লিমথৈদি শেল-থায় হাপ্পা খুদোং চারোইদৌরি।"

অপূর্ব্ব শাউনিংবনা মচিনবান থক-খা চিংলক্কে ; হায়রকই, "দরকার ওইরবদি মফম অসিদস্থু ধোপা-নাপিত থিংহনবা ঙমগনি। হিংচাবা অসিনা মশাগী ধর্ম্ম থাদোক্লগা বৈষ্ণব শাহুনা নীংঙাইদনা লৈরি, থঙগনিদনা !"

বিপিন্না হৌগংলগা খুদোনবী শিংহুনা হায়রকই,"বারুইপুরগী রাখালদাসবাবু ঐখোয়গী মরি-মতানি, কাউরোইদবনি বৈরাগী !"

হন্নুবা বৈরাগী থনঙমদবা থৌওং অসিদা তৌফম থঙদ্রহুনা তঙক তঙক য়েংহুনা লৈ। মীরৈকাইগী নুপামচাশিংনা ইথঙ থঙহৌদনা অস্থুক হাক্লা শাউবগী মরম মহাক্লা করিমত্তা থঙবা ঙমদ্রে।

অপুর্ব্বনা হায়রকই, "লাইরবগী ঈ চুপহুনা চাখিবা শেন্দোয়হু ওথোকহল্লবদদা থঙগদবনি।"

নফম্ব মতম অহ্ ফাওবা ফমহ্না লৈরি; মহাক্কী ঙ্কিরৈদা য়প্পা পৈসা অনি লৌখিবগী শাউনিংহ্না লৈম্নিবনি; মহাক্কা হায়ম্নকই, "তাকপিরিবহ্ অহ্স্নমক্তি বাবু। মহাক বৈরাগী নত্তে, হিংচাবনি! মতৌ কমদৌনা ঐঙোন্দগী পৈসা অনি লৌখিবগে হায়বা মিংমক্কা উ'বগৌরিবহ্নি।"

হম্বুববু থিনা ঙাংবা অসিদা মকম অহ্দা লৈরিবা মী পুম্নমক্কী থম্মোয়দা অপেনবা শুংঙাইবা অমা কাওরকই। মখোয়গী মাইথোংগী ফিভম উবদা বিপিন্না মথৌনা ফংলহ্না মম্মিং লাওথোক্লুনা হায়রকই, "নখোয়দি মনুংগী ব্না খঙলিরোই, অহ্বু মহাক্তি ঐখোয়গী থুঙ্গ গী মীনি, ঐখোয়দি পুম্নমক খঙই। ঐখোয়গী থুঙ্গংদা নহাক্কী ধোবী নাপিতকা শিনফম থিংখিবা করি মরমদগীনো হায়দোকউবা?"

ব্রাকমসি লিরবনি। পুম্নমক্কা খঙনরিবনি। একাদশী বৈরাগী, সদগোপ মচানি, জাত বৈষ্ণব নত্তে। মহাক্কী পোক্তবী মমানা অমত্তা পোকচম্নী মচলমুপী অপাম-মুংশি লাংদা থুহ্না শাগৈদগী মপাল থোকখি, একাদশীনা য়াম্না ব্রানা কোইথি থিক্লুরগা মহাকপু ময়ুমদা পুরকখিবনি।

অহ্বু মহাক্কী ফজদবা শাজং অহ্দা থুঙ্গাশিংনা ঙক্কুরম্মী অমম্মুং থোইদোক্কা শাউনরম্মী। অহুম ওইনমক মমা-মপা শিগ্নবী মচলমুপী অহ্বু একাদশীমদি করিগুম্বা মওংদম্ন থাদোকপা ঙমখিদে।

সংসারদা মাগীনি হায়বা কনা লৈজন্রবী, শিশক শিক্লিঙ্চেদগী মতম্বাক্তা মনঙ্গলদা চাউরক্লবী মচলনুপীহুবু একাদশীনা য়ান্না য়ানা হোংনহুনা লুহোংবিখি। অহুবু য়ান্না নহা ওইনা লুপ্রাবী ওইরবদা মবুংগী য়ুমদা মহাক হরাও হরাও লাকুনা লৈরখি।

নহা ওইবা অমম্তুং রাখল থেনবগী মরালনা মচলম্নুপীগী খোঙকম অহুক থিনা শোয়খিবনা হনুববু কপহনখি ; চাব-থকপা তুম্ব-হিপ্পা থাদোকুনা খুঙ্গং খুঙ্গংদা সহর সহরদা কোইখি থিকুরবা তুংদা মমৈথংদা থিবা ফংহুনা মহাকপু ময়ুমদা পুরকখি, মতম অহুদা খুঙ্গাশিংগী তমথীবা অকনবা শাসন কোকথোংমহ্ না মহাকী ঈকাইবা নংলবী, থোইদোক্লা নীংঙমন্রবী, মরাইবক খিরবী মচলম্নুপীবু অমুক ময়ুমদগী তান্থোকুনা মশাবু প্রায়শ্চিত্ত ঙৌরগা মশাগী জাত্তা হজিনবা একাদশীনা করিগুম্বা মওংদম্নু য়ানিংখিদে।

অহুগী মতুংদা খুঙ্গংদা মহাকী ধোবী নাপিতকী শিনফম থিংখি। একাদশী উপায় লৈত্রহুনা ভেক লৌহুনা বৈষ্ণব ওইরগ বারুইপুর অসিদা চেল্লকখিবনি।

রাকম অসি ময়াম পুম্নমকম্নু খঙনরিবনি ; অহুম ওইনমক মী অমনা অমগী মচিন্দগী অভোপ্পগী কলঙ্কগী রারী তাবগী ন্নুংঙাইবা ফংদিংবনা মহৈ মহৈ লাংতকুরকই।

অহুবু একাদশীদি ঈকাইবনা তশেংনা লোন থোক্তবগুমগ্রে। মশাগীদমক্তা নত্তে, মচলম্নুপীগীদমক্তনি। মথোক কারকপগী

অহানবা পুংজাদা লংজথিবগী মরাপনা গৌন্নিগী থম্মোয়দা অরুনবা চৈনাখোল ফাওহনখিবনু ওসি ফাওবা অশুম্না অদুম লৈরি, থোইদিং মখায় অমা ফাওবা কংশিনখিন্রি, হন্নুবনা মহু মুম্না থওই। তুংদা মহুগী ইঙ্গিত মরিক অমত্তং ওইরবস্মু মহাক্কী মমাকোং য়ৌথিবা থোক্লবদি মৈচাক অদু হেনগংকনি, চিংনবা অসিনা মাইথোং মরুবা একাদশীনা রা ওাংদনা য়েংলকই।

মহাক্কী পীরাং-পীকম তৈরবা মরোল থোক্তবা হায়জ-মোঞ্জবা অসি কনাগী মিংয়েংদস্মু তাক্লদে, অদুবু অপূর্ব্ব খুদক্কা ভাব তারক্লনা- ওকপনা থম থেংত্রে।

বিপিনা হায়রকই, "ঐখোয়বু ভিক্ষারীরমে, য়ুথক অনিগী লম্বীদা থোওনা নুংশা মরক্তা শেল শিকি অমা নিবা লাক্লিত্রা? মহস্মু ওসি নত্তে, কৈদৌঙেনো মাগী কমানো অমগী লিমোন য়োনগনি, পাউ অদু লৌরগা ঐখোয় নোংমা অমুক থোওনা লাকপা তারি—অদুগা কন্নিগুম্বা বাবুনা থৌজানবিরবদি! অদুবু মীগী ঈ শুনহুনা শেম্মোয় চাও হন্নুবা, শাহিং চাবনা শাহিং চাবদা খুংথানদে থনত্রা? ঐনা মকম অসিদস্মু নহাকপু মীনা শোক্ল-শয়হন্দবা ওমত্রবদি ঐগী ইমিং বিপিন ভট্টাচার্য্য নত্রে। মাত অতোনবা নহাক্কা শেল থরা পায়জরে হায়হুনা নমা পওশিনরিত্রা? চংলসিনে, অপূর্ব্ব ঐখোয় হনগ্রসি, মত্তুংদা গুণ থওনবা হায়বহুনি।"

অসি হায়রগা মহাক্কা অপূর্ব্বগী খুদাং পায়হুনা চিংলকই।

পুং তরামাখোই তাগ্রে।

মরু ওইনা অস্নুক লাপ্পা লম্নী খোঙনা লাকপা অসিদা অপুর্ব্বনা থোইদোক্লা ঈশিং খোৗরাংহুনা ঙাইহাক্কী মমাংদা মীনাইদা ঈশিং পুরকউ হায়খি। অহুগী তুংদা ঙাংন-শরুবদা রাকম অহু নিংশিংলুদ্রে।

অহুবু মহাক্লা খোৗরাংলিবা ঈশিং মথুং নাম্মনা অহুগা অতোপ্পা মথুং নাম্মনা বংতাসা থরা হাপ্লা শেম্পাক অমা পুহুনা চহি কুমতরেং-কুন্নিপালগী লুপ্তাৰ্বা অমা নাকলগী থোঙ ঙাংহুনা মপান্দা থোরকপদা মহাক্লা ঈশিং পুরকউ হায়খিবরু থঙনিং নিংশিংলক্লে।

গৌরিবু জাত অতোমবা নিঙোলনি হায়না লৌবা ঙমদে। মুগাগী শাড়ী শেংলি, ঈকুজবগা হৌজিক্তা আহ্নিক পূজা তৌগদবগী হেক কমথবদা ব্রাহ্মণনা ঈশিং পাম্মী হায়বা মীনাইগী মচিন্দগী তাহুনা মহাক আহ্নিক পূজা হুন্দোক্তুনা চেল্লকপা মাল্লি। হায়রকই, "কনা ওইরবনো ঈশিং পাম্মি হায়বহুবো?"

বিপিন্না হায়রকই, "মুগাগী শাড়ীবু শেংলবদি থঙলে, নহাক্কী নথুংতগী ঈশিং হেক্তা থরুগদ্রা ঐখোয়? অপুর্ব্ব, মহাক অসিমক তৌঙম্নী অহুনিনহৈ!"

মিংনা কুপ্পদা নুপী অহুগী মথুংতগী বাতাসা হাপ্লা শেম্পাক অহু নাম্বহুনা শ্রেং শ্রেং ল্যাওনা তাগ্রে অমস্নুং ঙমথে নাইদবা

ঈকাইবা অতু মখিংমক্তা উবদা অপূর্ব্ব মশামক ঈকাইজবনা শিগদোরে।

মহাক্তা শাউনা বিপিনগী পাম্বোমদা খুনিংনা কক থিল্লগা হায়রকই, "অম্বুক হাক্তা ঙাওশিন্নরিবা করিগীনো? অক-কক্তা জ্ঞান লৈত্রা?"

বিপিন খুমুংগী মীনি, থংনবদা মায়োক্নরিবহৃবু ঈকাইবা পীবদা নুপা-নুপী খায়দবা কৈত-কক্তদে য়েংদবা অথৌবা নুপানি। মহাক অপূর্ব্বনা খুনিংনা থিল্লকপা অতুদা অমুক্তা হেন্না তমথীরক্লে, মখিং লাওথোক্তুনা ঙংতুনা হায়রকই, "করিগীনো, মীনম্বা বারা ঙাংলিবসি? ( গৌরিদা অতম্বনা ) বামোন মচাগী ঈশিং পুরকপা ঙম্বা অতুক নথৌনা লৈরবা? কৈথেল ময়াইদা নখোঙ-নখুৎ থুদেকপা ঙম্বা মীনি থঙত্রা?"

য়েংনকুতুনা কান্নররোই হায়বা অপূর্ব্বনা খঙলে। কক্তদবগী চাং হেনগৎলকপা নত্তনা হন্দ্বদি ওইররোই। হায়রকই, "ঐনা পুরকঙ হায়খিবনি বিপিন, নহাক্তা মকম মরাং খঙদনা অরেম্বদা থংনকুনু। চৎসি, ঐখোয় হৌজিক হল্লসি।"

গৌরি শেম্পাক খুনগৎলগা কনাদম্বু হন্না য়েংলমদনা তুম্বিন্না চংগ্রগা খোঙজিল মক্তমদা লৈশিন্দুনা লৈরে। মকম অতুদগী মহাক্তা হায়রকই, "দাদা, মখোয় করিগী শেল থায়বা লাক্লিবনো, পীবিগ্রত্রা?"

একাদশী ঙসাইমথৈ নুংবংননা কমতুনা লৈরম্মী, মচলহুপীনা কৌরকপহুদা ঙকচান্না হায়রকই, "পীত্রি, হৌজিক পীগ্রগে ইবেম্মা।"

অপূর্ব্বদা য়েংড়ুনা মহাক্না মখুৎ লোয়নড়ুনা হায়রকই, "বাবুজি, ঐদি লাইরবা মীনি, শিকি অমা হ'য়বসি ঐংণোন্দদি মমল য়াম্মী, চানবিড়ুনা লৌবিরো।"

বিপিনা অমুক হন্না অয়াবপা পাউথুম অমা পীগদবগী তৌরকই, অপূর্ব্বনা ইঙ্গিত তৌড়ুনা মঙাকপু খামজিনগ্রে; অদুবু অমুক রাজাও থোক্লবা মতুংদা শিকি অমা পীগে হায়রকপসিদা মঙোন্দা থোইদোক্লা তুকচনা থোক্লে। মপুক্লিং ফাথরগা হায়রকই, "লৈরসনু বৈরাগী, নহাক পীদবা য়ারে"

মসি শাউড়ুনা হায়রিবনি হায়বা এক্বা-ন খঙলে; নুংশা মপী অমা হোন্দাক্লগা হায়রকই, "কালকালে। খুদোংচাবা ফংলবদা কনানসু লেয়া থাগদবা লৈতে! পীথোকখ্রো ঘোষাল মহাশয়, শিকি পৈসা মরি খাত্তাদা ইশিল্লো। করি অমুক হায়গনি!"

অসি হায়রগা বৈরাগীনা নুংশা মপী অমা শাংনা হোল্লকই।

মহাক্কী মাইথোং উবদা অপূর্ব্ব হন্দক্তি নোক্লিংলক্লে। শেন্দোয় চাড়ুনা হিংবা অহল অসিগী মঙমদা শিকি অমগা শিকি পৈসা মরিগগী মরক্তা কয়াদা চাউনা খেয়রিবা, মদু মহাক্না মপুক্লিংদা খঙবা ঙম্লে; নোকফেৎ তৌড়ুনা হায়রকই, "ফরে বৈরাগী, পীবিদ্রবসু য়ারে। ঐখোয় পৈসা খজিক-খরাক লৌদে। ঐখোয় চৎলে।"

শিকি পৈসা মরিগী মায়োক্তা থোঙজিল মরুমদগী মরু ওইবা য়ানিংদবা অমা কোংদোক্লকপা য়াই হায়না অপুর্ব্বনা থোইদোক্লা আশা তৌরম্বা য়াই। মহাক্কী শাড়ী ফিজিন্দু হৌজিকস্থ উরি, অহবু মহাক্লা করিগুম্বা বা অমত্তা ঙাংলক্রে।

চংলমদায়দা অপূর্ব্বনা ভশেংনমক শাউনিংবগা লোয়নন মপূক্লিংদা হায়জরকই, মখোয় অসি থাঙ্গেশেংনমক তশেংনা অক্তোনবনি। দান তৌ'দা শিকি পৈসা মরিদগী হেনগংনা মখোয়না খল্লুবা ঙমদে। পৈসাদনা মখোয়গী থরায়নি, পৈসাদনা মখোয়গী শরু-তোংশানি, পৈসাগীদমক্তা মখোয়না তৌবা ঙম্লোইদবা করিগুম্বা থবক অমত্তা সংস রদা লৈতে।

অপূর্ব্বনা মাগী কাংবুগা লোয়নন হৌগংলকপমক্তদা চঁভি তরাগী নুপামচা অমদা অনাথগী মিংয়েং তারুরে। অঙাং অদুগী ফিভম উবদা মপা কায়নবা নত্রগা অহগুম্বা করিনো থৌদোক অমা থোকপা মাল্লি। মহাক্কী লুখ্রাবী মমা মাঙ্গোলগী উঁথোংতেন মরুমদা তুম্পক তাশিন্দুনা ফম্লি।

অনাথনা ঙকুনা হংলকই, "পঁটে, নঙ মফম অসিদা?"

পঁটেনা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়রকই, "ইমা অসিদা ফম্লি। ঐখোয়গী লুপা য়াম্না মঙোন্দা ভুংশিন্দুনা লৈ।"

অসি হায়রুনা মহাক্লা একাদশীদা মখুৎ থিল্লকই।

বা অসি তাবদা ময়াম পুম্নমক চঙক্রপ্রে অমস্তুং লাংতক্লরক্লে।

মমৈদা মসিগী-ফল করি থোক্লকংগে হায়বা খংনিংহুনা অপুর্ব্ব ফনা ঊশিং থোরাংহুনস্থ বিপিনগী খুজেং পায়হুনা ফমথক্লে।

একাদশীনা হংলকই, "নঙগী নমিং করি কৌবগে লুপামচা ? করি লমদগীনো ?"

লুপামচাহুনা হায়রকই,"ঐগী ইমিং শশধর কৌই ; মখোয়গী খুঙংহুদগীনি— কালীদহদগী ।

"নঙবু পোকপা অহলগী মমিং করি কৌবগে ?"

লুপামচা অহুগী ওইনা অনাথনা পাউখুম পীরকই, হায়রকই, "মপা লৈখিদবা মতম কুইরে। মখোয় রামলোচন চাটুর্য্যে মচা-নুপা শিগ্রবা তুংদা সংসার থাদোক্লুনা কোইচৎ চংখি ; চহি তরেংকী মতুংদা হল্লকখিবা খা অমত্তোম কারে। নহাল মখোয়গী য়ুম মৈ চাকখি, মৈ মুথংনবা হোংনবদা অহল অহু শিগ্রে। অতোপ্পা কনা লৈত্রে, মশু অসিনা শোয়াং শো-গদৌরিবনি।"

রাত্রী অসি তাবদা ময়াম পুমমক লুংঙাইতবা কোংদোক্লরকই, তুপ্পগী একাদশীদংদি তুম্মিন্না লৈ।

ঙাইহাক্কং লৈরগা মহাক্না হংলকই, "শেলগী ইন-খোংনবা লৈত্রা ? চৎলো, নহাকী মমাদা হংলুচো।"

লুপামচাহুনা মমাদা হংলুরগা হায়রকই, "চে-চাং করিস্নু লৈত্রে, লোইনমক চাকপ্রে।"

একাদশীনা হংলকই, "লুপা কয়ানো ?"

হন্দক্তি লুপ্রাবী অহুনা চংশিল্লরুপা কোকখুম ফি খরা চিংথরগা পাউখুম পীরকই, "আজ্ঞানা শিরমদায়দা মহাক্না তীর্থ চৎলমদায়দা লুপা চামঙা থনম্মী হায়না তাকপিরম্মী। বাবা,

ঐখোয়দি য়াম্না লাইরৈ, শেল লোইনা পীবিক্লবস্তু খরদদি ঐখোয়দা ভিক্ষা ওইনা পীবিয়ু।"

অসি হায়রগা লুপ্রাবী অত খোঙেল কাজিন্দুনা কপ্লক্লে।

ঘোষাল মহাশয়হ্ ঙসাইমখৈ হিসাব শুবা লেপতুনা মপুক্লিং চংনা রা তারম্মী, মহাক্না চংশিল্লক্লগা হংলকই, "ঙাইখো, কনাগুম্বা সাক্ষী পাবোনকদি লৈত্রা?"

লুপ্রাবী অহনা মঙক হাইদুনা হায়রকই, "লৈতে। ঐখোয়স্তু খঙলমদে। আঙ্ঙানা লোয়া ভুংশিল্লম্বনি।"

ঘোষালনা নোককেং তৌদুনা হায়রকই, "শুপ্পগী কপ্পর্দনদি য়ারোই হবেম্মা! পূম্নমক অসি শেল-গুমগী রাফম্নিনে! সাক্ষী লৈতবা, ইনবস্তু লৈতনা, অদু ওইরবদি কমদোগদগে হায়্যু ভাসি?"

লুপ্রাবীহ্ হিক হিক কপথোরক্লে; অদুবু কপ্পগী কল করি ওইগদগে হায়বা কনাস্তু খঙনদবা লৈত্রে।

হন্দক্কি একাদশীনা রা ঙাংলকই, ঘোষালদা য়েংদুনা হায়রকই, "লুপা চামঙা কনাননো থনম্লগা লৌখিদ্রিব্রা হায়না খল্লি। নহাক্না অমুক্তা অরিবা খাতাশিংদুদা খিহ্না য়েংউ, খরা ইশিন-খোংচিন্দুনা লৈব্রা।"

ঘোষালনা ফিঙ্গংনা হায়রকই, "কনানা মতম অসিদবু তিলাইখোম্বী চুননবা খাতাশিংদু থিবা ঙমগদগে? সাক্ষী লৈতবা রসিদ-মুংসিদ লৈতবা—"

ঋাসি ঙাংবা লোইহ্রিবৈদা থোঙজিন মরুমদগী গৌরিনা খুমকই, "রসিদ-নুংসিদ লৈতে হায়রহনা ব্রাহ্মণগী মরলহ মাংহল-লগদ্রা? অরিবা খাতাদা য়েংবিয়ু, ঙস্থিরোই হায়রগা ঐরোন্দা পীবিরকউ, ঐ য়েংগে।"

মরায়া ঙকুনা থোঙজিল্লোমদা য়েংনরকই, অহবু হুকুম তৌরক্লিবা মহাক অহবুদি ঊবা ফংদে।

ঘোষালনা ইতঙ তপখনা হায়রকই, "চহি কয়া হৌগ্রবনি ইবেম্মা! অহুক কুইরবা খাতা থিবদি অরায়বা থবক নত্তে। খাতা-লুংদাম্না পৈহনা লৈরিবনি! থসু থময়বদি শোয়দনা লৈরমগনি।"

অসি হায়রগা মহাক্কা লুপ্রাবী অহদা হায়রকই, "ইবেম্মা নহাক কপকনু, ফংকম থোকপা ওইরবদি করিগী ফ'দনি! ফরে, হয়েং অমুক্তা ঐগী য়ুমদা লাকউ; রা পুমমক হংলগা খাতাদা থিদোকপিগে। ঙসি অম্মুক থেংলবা অসিদদি থিকুবা ঙম্নরোই।"

লুপ্রাবী অহনা খুদক্তা য়ারহনা হায়রকই, "ফরে বাবা, হয়েং অয়ুকমক বাবাথোয়গীদা লাকচরগে।"

"লাকউ," হায়রগা ঘোষালনা মঙক নোমহনা মমাংদা ফাক্কোক্কুনা লৈরিবা খাতাহ ঙসিগী ওইনা খুমজিনখ্রে।

অহবু হংদোক-হংজিনগী মমিংদা লুপ্রাবী অহবু ময়ুমদা কৌবগী অর্থ থোইদোক্লা ময়েক শেংই। মরুমদগী গৌরিনা হায়রকই, "চহি নিপালগী মমাংগী— অহ ওইরবদি শোক ১৩০১ বঙ্গাব্দগী খাতাহ অমুক্তা য়েংবিয়ু শেল জমা তৌরমত্রা।"

ঘোষালনা হায়রকই, "অদুক হাথু হাথুরিবা করিগীনো ইবেম্মা ?"

গৌরিনা হায়রকই, "ঐঙোন্দা পীবিরকউ, ঐ য়েংজগে। ব্রাহ্মণ নিঙোলনা য়ুথক অনি মখোঙনা লাক্লি— অমুক্তা য়ুথক অনি মুংশা অসিদা খোঙনা হনখিগদৌরিবনি, অদুগা হয়েং অমুক অঁদোমগী লাক্তা লাকদৌরিবা : অদুক হাক্লা বা চাউখোক-হল্লুরগা কুঁরি কাম্নগদগে ঘোষাল-কাকা ?"

একাদশীনা হায়রকই, "অচুম্বমক্লিনে ঘোষাল মহাশয় ; ব্রাহ্মণ নিঙোলবু অরেম্বদা লাকহনবা ফগব্রা ? নত্তে, পীথোকব্রো, পীথোকব্রো, শং হেক্তা পীথোকব্রো।"

ঘোষালনা শাউরংননা হৌগংতুনা থংনবা কাদগী শোক ১৩০১ বঙ্গাব্দগী খাতা লৌথোকলুরে। মিনিট তরারোম চেনা কাল্লবা মতুংদা খঙহৌদনা মহাক্লা য়াম্না হরাওনা হায়রকই, "বাঃ। ঐখোয়গী ইবেম্মা গৌরি লৌশিং য়াম্না নৈ। চহি অদুমক্কী খাতা অদুমক্তদা জমা তৌরম্বা থেংনরে। রামলোচন চাটুর্য্যেনা জমা তৌরম্বা লুপা চামঙা সিংদা নৈরে।"

একাদশীনা হায়রকই, "শং শং অমুক্তা শেন্দোয়দু খোংতুনা য়েংথোকউ ঘোষাল মহাশয়।"

ঘোষালনা ঙক্লুনা হায়রকই, "অমুক শেন্দোয় ?"

একাদশীনা হায়রকই, "এঃ, শেন্দোয় পীরোইদবা ! শেল অমুক কুইনা থাদরক্লিবসিদি, তুমহন্দুনদি নৈতেদনা ! চহি নিপালগী শেন্দোয়, থা খরা অসিগীদি থায়দোকদবনি।"

মতম অহুদা চাউরাক্লা শেন্দোয়-শেল্লেপ পুন্না লুপা চাত্তরেং য়াখৈ কারে।

একাদশীনা মচলন্নুপীদা হায়রকই, "ইবেম্মা, শেলহু উপুদগী থরা লৌথোরকউ। নুপামচা, শেল লোইনা পুল্লপ পুরগনিদনা হা ?"

লুপ্রাবীগী থম্মোয়গী রা ঈশ্বরনা তাবিরে, মপী তৈথোক্লগা ফোংনা হায়রকই, "নত্তে বাবা, অহুক য়াম্বা শেল ঐগী দরকার লৈতে ; ঐঙোন্দা হৌজিক শুপ্লগী লুপা য়াখৈদং পীবিয়ু।"

"মহু পুত্রো ইবেম্মা। ঘোসাল মহাশয়, খাতাহু অমুক্তা পীরকউ, সহি তৌশিনগে, অহুগা লেমহৌরিবা শেল অহুগী রসিদ অমা পীখো।"

ঘোষালনা হায়রকই, "ঐ হেক্তা সহি তৌশিল্লগে। মহাক্লা অমুক—"

একাদশীনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, ঐঙোন্দা পীবিরকউ আজ্ঞা, মমিংমক্লা উহনখিগে।"

অসি হায়রগা মহাক্লা খাতাদা লুকথহুনা মিনিট মখায় অনরোম য়েংহুনা লৈরুবগা হায়রকই, "ঘোষাল মহাশয়, অসিনিদনা, মুক্তা জোড়া অমা ব্রাহ্মণগী মিংদা জমা তৌহুনা লৈ। ঐ থঙদবা নত্তে, আজ্ঞা-ইবুংঙোনা ঐখোয়বু মতম পুমক্তা নুংশিনা য়েংবিদে হায়বা।"

অসি হায়রগা একাদশীনা থোঙলোমদা য়েংদুনা লোককেং তৌরকই। অস্নুক য়াম্না মীয়াম মমাংদা মহাকপু রুরেম্নরুপা অসিদা ঘোষাল মমাই কাহংখ্রে।

নুমিৎ অহুগী থবক 'পুম্না লোয়রদুনা অপূর্ব্ব মাগী কাবুংগা লোয়নন| শাররা লম্বীদা থোরক্লে, মতম অসিদা মাগী খম্মোয়দা মথুম-মরাং অমা হৌরকই।

ঘোষাল মখোয়গা লোয়নরক্লি, মহাক্না নোল্লুক্না হায়রকই, "লাইরবগী যুমদা লেংশিন্দুনা ঈশিং অঈংবা খজিক্তংদি ফাল্লু-খিসি।"

অপূর্ব্ব করিগুম্বা রা অমত্তা ঙাদবা মতুং ইল্লি।

ঘোষাল মখোইদো শাউগংপা কোক্লি। মহাক্না একাদশী পন্দুনা হায়রকই, "ঙবিরেদনা, ইবুংঙোখোয়গুম্বা ব্রাহ্মণ-মচাগী খুম্বা-উফুল তাবদি হৌন-খঙদবা মাগী পুরোল তরেংকী লাইবক ফবনি। মহাক হিংচাবনি, অদুনা শিকি পৈসা মরি পীদুনা চাক্লিবগুম বিদায় তৌনিংলিবনি।"

বিপিন্না হায়রকই, "নুমিৎ নিনিদং ঙাইবিয়ু; হৌন-খঙদবা মহাপাপী মাগী ধোবী নাপিতকী শিনফম থিংদুনা মতিক চাবা লাক্লগনি। রাখালবাবু ঐখোয়গী মরি-মতানি, মসি কাউবিগনু ঘোষাল মহাশয়।"

ঘোষালনা হায়রকই, "ঐ ব্রাহ্মণনি। অয়ুক নুমিদাং সন্ধ্যা-আহ্নিক পূজা তৌদনা ঐ ঈশিং ফাওবা য়োংপা নত্তে, মুক্তা

অনিখক্কীদমক্তা ঐবু কয়া শক্তীনা ঊবাইব, পীখিবগে হায়বা ঊ বিরিবত্নি। মতুনা মগী অফবা ওইগদ্রা? হনবা যাওবা খনবিরুনু। শোক্ল-শম্নরুবদা ঊরুজনগদৌরিবা নুপীমচা মাগুণ্ননা বামোন-মচানা থরুবা ঈশিং পুত্না শোরকখিবা শাই, শেল লৈবশিংনা ওমশিল্লকিবনি অতুপা শন্দুনা য়েং বিয়ু!"

অপূর্ব্ব ওসাইমখে রা অমত্তা শেংদিল্লকপ্রে, মহাক্না খঙহৌদনা চপ লেপ্লগা হায়রকই, "ঐ হন্নুখিগে ভাই, ঐ ঈশিং য়াম্না খোয়াংলে।"

খোযালনা ওক্তুনা হায়রকই, "কদাইদা হনবিরুগদৌরিবনো? অসিদা ঊরিবসিনি ঐখোয়গী য়ুম।"

অপূর্ব্বনা মঙক হাইত্না হায়রকই, "অদোম্না ময়ামসি পুবিখ্রো, ঐদি একাদশী অহুগা য়ুম মওদা ঈশিং থকপা চংলগে।"

"একাদশীগী য়ুমদা ঈশিং থকপা!" ময়াম্না মঙোন্দা ওক্লা য়েংনরকই।

বিপিন্না মহাক্না মখুং পাম্নত্না অমুক্তং খঙচিং চিংলগা হায়রকই, "চংলসি, নুমিং য়ুংবগী য়াক্লবা নুংশাদা লম্বী ময়াইদা অমুক ঠোক তৌত্না কায়দে। নহাক্তি মত্নুগুম্বত্নু ওম্লনি হাই! নহাকপু একাদশীগী মচলপুদীনা শোকপা ঈশিং থক্কদবা!"

অপূর্ব্বনা মখুং চিংশিল্লগা খোঞ্জেল শুম্না হায়রকই, "তশেংনমক মহাক্না পুথোরকপা ঈশিং অত্নমক থকপা হল্লিবনি। নখোয় ঘোষাল মহাশয়গী অহুদগী ঈশিং থকউরগা লাকউ, আদগী উখোং অসিনা ঐ ডাইরমগে।"

মহাক্কী অঙ্গংবা অতপ্পা খোঞ্জেল তাবদা তৌফম খঙদনা ঘোষালনা হায়রকই, "মহুগী প্রায়শ্চিত তৌগদবনি হায়বদি খঙদব্রা ?"

অনাথনা হায়রকই, "ইঙাও ঙাওরব্রা ?"

অপূর্ব্বনা হায়রকই, "মহু খঙদে ! অহুব্ প্রায়শ্চিত তৌবা তারবস্থু মহু ঈংনা তপ্পা তৌবা য়াগনি। অহুবু হৌজিক্কি খাংবা ঙমদ্রে।"

ঋষি হায়রম্লগা মহাক য়াক্লবা ওংশা মরক অহুদা খোঙথাং কন্না থাংহনা একাদশীগী য়ুম তম্মা চংখ্রে।

## রস চক্র

রাজসাহী সহরদগী য়ুথক খরা লাপ্পা বিরাজপুর খুঙ্গং লৈ। খুল অদু চাউই,— ব্রাহ্মণ, বৈদ্য, কায়স্থগী য়ুম য়াম্না তাই। অদুবু মৈত্র শাগৈগী অচুম্বা চৎপা, সাধু ওইবা অমস্তুং ধর্ম্ম লৈবগীদমক্তা খুঙ্গং লান্দুনা ফাওবা মমিং চৎলি। মখোয়না লৈরিবা লৌ-ইজোল অদুদগী করিগুম্বা মওং অমদা শেংপ-চাবা য়াংতে হায়বমখৈদি য়াই, অদুবু মতুদগী হেনবদি নত্তে। অদুম ওইনমক হয়াও-কুস্মৈমচিংবা থবক-খৌরম অমত্তা ককথননবগী উপায় লৈতে।

মখোয়গী ড্রইং রুম য়াম্না পাক-চাউই, লৈরং তাবা চরুনা কুপ্পা য়ুম য়াম্না লৈ, দেবীগী মন্দির য়াম্না চাউই;— পূম্নমক অদু মতম খুদিংমক্তা মী থন্না লৈ।

অদুবু পূম্নমক অসি কমদোনা ওইরিবনো? লৈরিবা মচিল-মনাও অহুমক্না শেল তানবনা ওইরম্বা য়াই।

ময়াম্বা অহল শিবরতন খুঙ্গংগী জমিদার-রাজসরকারগীদা অফবা ফম পায়রি। য়াইমা শম্ভুরতন্না শেয়ারগী গাড়ীদা তোংহনা পেশকারী ওইবা চৎলি। শুপ্নগী অতোম্বা বিভুতিরতনদদি ঈনাক-খুনবা মকুবোক্কী থৌজালদগী কলিকাতাদা লৈহনা অচৌবা সৌদাগর ওফিস অমদা ফম চাউনা থবক তৌরি। খ্বাইগী

অতোপ্পা মনাওনুপা অমদি মনুং-মতম চাদনা অঙাং ওইনা লিখি, মখোয় অনিগী অহাংবা মক্কম নভুনা করিস্সু থোইদোকপা অকায়বা লৈতে।

দূর্গাপূজা লোইখিবা মতুং নিনি শুবনি ; প্রতিমাশু ফক্লোংনা থাজিন্দুনা নাখল শেমশুনা থম্লি,— মীনা পাক হেক উদনবনি। মঙ্গলঘট অশুদংদি ঙসিস্সু দেবীগী মনাক্তা লান্নগুম অশুম লৈরি। হরিখাগোক মনা ঙসি ফাওবা অশুম ইতেক ংক্লি,— হৌজিকস্সু খজিক্তা ফাওবা শুইখদ্রে।

অয়ুক্তা মশুদগী থোক্তনা লাপ্তনা দরি মথক্তা ফমশুনা মচিল-মনাও মখোয় অঙুম খরচ পান্নরম্বদগী হৌজিক্তা লোইশুনা হাইফেংতং পোথাবদা ঙাইরিমাল্লে, বিভূতিরঙন্না নীংঙ্গনরপ্পা চিংনরপ্পা নোকমি-নোকমি তৌশিন্নরশুনা হায়রকই, "নোংমা ইনেম্বোক্তা ঙক্তুনা হায়খি, নহাক্কী তলবকী শেল পুল্লপ য়ুমদা নয়াম্বগী মনাক্তা হেক হেক থারি। মহাক্তা অমুক দরকার ওইবা খরা লৈহৌরগা অরেম্বশু থারক্লি, মসিনা অরেম্বদা থা খুদিংগী পোষ্ট ওফিসতা শেল য়াম্না ঙংলি।"

ইমুংগী খরচকী খাতা মতম অশু ফাওবা শিবরতনগী মমাংদা হাংদোক্তুনা লৈরি, অশুগা মাগী মিংয়েংস্সু মশুদা তারি, রাখল অমদা ভাউবগুম হায়রকই, "পোস্ট ওফিসনা মনি-ওডরগী শেল করিগী লৌরোইদগেনে? মসিদা ঙক্লিংঙাই করি লৈবগে?"

বিভূতিগী ঈনাক-খুনবী মনেম্বোক্তা নুমিৎ খরনিগী মমাংদগী মচা-ময়াগী য়ুম্বাল-কৈবাল ফগংনবা মাইকৈদা মিংয়েং চংলক্লি,

অসুম্না শিবরতন্না চিংনবা পোক্লক্লবনি। অহুবু খোঞ্জেলদা মহ করিমত্তা ফোংদোক্কে।

বিভূতিনা মপুক্লিংদা খল্লকই, ময়াম্বনা ৱাকমহ মুন্না তাদ্র-মাল্লে, অহুনা অমুকস্মু খরা ময়েক শেংনা হায়রকই, "অহোয়, মহুনি হায়বা য়াই। অহুনা মহাক্না তাকপি, তাচৌগী দরকার ওইবা শেল অহুদং শুপ্নগী—"

শিবরতন্না মমাই নোনখংতুনা য়েংলকই ; হায়রকই, "এগী দরকার ওইবা শেল মশীং নখোয়না করম্না খঙগদগে ?"

ময়াম্বগী অহুক চম্বা অঙ্গংবা মাইথোং ঙবদা বিভূতি মথৌনা লৈরক্লে, মহাক্না হরাওহুনা হায়রকই, "অগোয়, অচুম্বনি, অহুনা তাচৌগী চিঠিদা মহুগী ইঙ্গিত খজিক্কুং পীবিরক্লদি বাজে-খরচ অসি চংলোইদবনি হায়না মহাক্না তাকপি।"

শিবরতন্না মাগী হিসাবকী খাতাদা অমুক হন্না মিংয়েং থম্লগা 'হায়রকই, "মঙোন্দা হায়য়ু, তাচৌনা মসিবু বাজে খরচনি হায়নস্মু খন্দে, চিঠিদা ইঙ্গিত পীবশু দরকার ওই খন্দে। যোগীন, হিদাক হাল্লকউ।"

বিভূতি মাইথোং মকশিন্না চপ য়ুংনা ফমহুনা লৈখ্রে অমস্মুং ময়াম্বা য়াইমা শম্ভুগী লুকথরিবা মাইথোংদা মুন্না য়েংলুরগা মখুংতা পায়রিবা পাউ-চেদা মপুক্লিং থিংজিনখ্রে।

ফনা কুইরবা ফাওবা কনাস্মু ৱা ঙাংদে— খনঙমদা অচিকপা অমনা কাহ থনখ্রে। অহুবু মসিগী অর্থ খঙবা তারবদি মৈত্র

শাগৈ অসিগী মরমদা অমুকস্থু হেন্না ময়েক শেংহনবা দরকার ওই।

বিরাজপুর অসিদা মখোয় মীরোল তরেং-নিপালগী মমাংদগী লৈরক্লবনি। কা কয়া কয়া থুগায়রগা শাগংখ্রে, কা কয়া কয়া তপথোকখ্রে। অদুবু মহৌশাদগী লৈরক্লবা চাকশঙ অদুদি ঙসিস্থু মহৌশাগুম অমখক্তা অনি শুদনা লৈরি। করিগুম্বদস্থু মদুবু খাজিন্নবা অমস্থুং করিগুম্বদস্থু মদুদা অমমুক তপথোকপগী কল্পনা ফাওবা তৌনরক্রি। ইমুং অসি মতম চুপ্পদা পূন্না চাই, মতম চুপ্পদা অহল অদুনা য়ুম্বুরেল ওই ওইদুনা মপূন্সি লেনখি—মথক্কী অহল খুদিংমক্তা মখাগী কনানা করিগুম্বা নুমিৎতস্থু ৱাহং হংন্নবগী তাঙ্গা ফাওবা ফংদে।

ইমুং অদুগী অহল ঙসি ওইরিবা শিবরতন্না মনাও অতোম্বগী অরুবা ৱাফমগী পাউখুম শুপ্নগী দরকার লৈতে হায়দুনা লৈথোকখি, মতম অদুদা ঈনাক-খুনবা মকুৎোক-মনেম্বোক্কী শাথীনা শাউরকপা মাইথোং থম্মোয়দা উরক্লুনস্থু য়েংনবা অদু খজিক ফাওবা শাংথহন্নবা হোংনবা বিভূতিনা ঙমদ্রে।

মীনাইনা হিদাক পীরম্লে, শিবরতন্না খাত্তা থুমজিল্লগা মদু বাক্সিদা হাপচিনগ্রগা থোইদোক্না তপ্ল-ঈংনা হিদাক থক্লা থক্লা হায়রকই, "নখোয়গী ছুটি নুমিং কয়ানি লৈম্বিবগে?"

"আজ্ঞা, তরুক্নি।"

শিবরতন্না মপুক্কিংদা হিসাব তৌরগা হায়রকই, "অদু ওইরবদি ইরাই নুমিংতা মহাক চংনবা তৌবা ঙাই খঙলে।"

বিভুতিনা খোঙ্কেল তপ্পা হায়রকই, '"অহোয়! অদুবু মরক অসি থবক য়াম্না চিল্লি, অদুনা—"

শিবরতন্না হায়রকই, "অদুদি করে। নত্রগা নুমিং নিনি মাংজোননা চংলো। দেবীগী মনাইনি— নুমিং-থা য়েংলুবগী অমুক দরকার লৈতে,— পুন্নমক অফবা নুমিংনি! অদু ওইরবদি হংচিং য়ুমশকৈশদা চংলো, করি হায়বগে?"

বিভুতিনা হায়রকই, "ফনি আজ্ঞা, মদুম্মা তৌজরগে।"

শিবরতন্না ঙাইহাক অমুক তুম্মিন্না হিদাক থক্লগা নোকফেং তৌদুনা হায়রকই, "মৌ অতোপ্পীগী মফমদা ঈকাইরবনি। হৌখিবা চহিদা মঙোন্দা মওং অমদা হায়দোকখিবনি, চহি অসিদদি মাবু চুটি পীগনি— হন্দক্তি মশামদা মহাকপু পূজা য়েংজনবা লৈরমগনি। অদুবু নুমিং অদুকী মতিক নকশিল্লকপগা লোয়ননা চিংনবস্ু অদুকী মতিক হেল্লকই, মহাক লৈত্রবদি থবক-ইঞ্চাং পুন্নমক মফম-মরাং খঙলরে ই, পুন্নমক মওং চাররোই। মীওক-মীচান কৈ, মাইকৈ খুদিংমক্তা মাগুম্না য়েংশিনবা ঙমগদবা অতৈ কনা লৈতে! অদুক থবক চিল্লবা, অদুক চরাংনবা মরক অদুদা মহাক্না খঙদে উদে নত্রগা কাউথোকউরে হায়বা ৱাহৈ অমত্তা তাররক্ত্রি। অতৈ মতমদদি মৌ অহলগা মৌ য়াইমগনা ইমুং পুবা ঙমই, অদুবু অচৌবা থবক-ইঞ্চাং থোকপা মনুংদদি

ঐখোয়গী মৌ অতোম্বী লৈতে খল্লুবদদা খোঙ-খুং পঙথরকই,—করিগুম্বা মওংদস্তু খাংবা ঙমদে।"

অসি হায়রগা মুংশিবিবা চানবিবনা মাইথোং লংখলক্লুংনা মহাক্না অমুক ভুম্বিন্না হিদাক থক্লকই।

মতৈহললনা মৌ অতোম্বীবু থোইদোক্লা মিচং খরা চংই, মসিগী মরমদা ইমুংদা খন্নে-নৈনৈ, অদুদা নত্তে, কল্লক্লবগী ভাব অমস্তু চেল্লি—মৌ অংলনা শাউতুনা মরক মরক্তা মতু শেংনা মপুরোইবদা হায়রকপা য়াউই; অদুগা মৌ মাইমনা মরুমদা ভুংদা অসিগুম্বা রাকম শন্দোকপদা নিংহন্নবা লৈতে মতুদি, মৌ অতোম্বী শুপ্নগী অচৌবা ইমুংগী নিঙোলনি হায়তুনা লুনা তৌরিবনি। অদু মল্লবদি ইচেগা ঐগনা থা তরামাথোই চুপ্পদি য়ুম পুবা ঙম্নগা পুজাগী থা অসিদংদি করিগী পুবা ঙম্নোইদৌরিবা! অচৌবা ইমুংগী নিঙোল য়াউদ্রবদি দেবী পূজা তৌবা তোকপা তারব্রা?

অসিগুম্বা মচিন খৌরবা তেন মতম চানা মফম চান্না থুংলৈ, অদুবু শিবরতন খজিক্তা খোঙফম লেংদে, করিমক্তা থুমদে, শুপ্নগী খোঞেল থোক্তুনা হাইফেং নোকফেংতং তৌরকই। বিভুতি শেল য়াম্না তাল্লি, মহাক থা তরানিথোই কলকাতাদা ভাড়াগী য়ুমদা লৈবা তাই, মরম অসিনা মৌ অতোম্বী মফমতুদা লৈতবা শুপয়া য়াদে। রাকম অসি মহাক্তি খঙই, অদুবু খঙশিন্নদ্রবা কাংবু অদুনদি করিগুম্বা মওংদস্তু মতু য়ানিংদে।

মখোয়গী মরক্তগী মো অমদি ইমুংগী থবক-ইশ্যাং শু-নোম্বদগী খায়দোক্তুনা চহি চুপ্পা লৈরক্লি। শুপ্পগী দেবীগী পূজা মতমদদা খঙহৌদনা নোংমা শং লাক্লগা দাম্বিত্ব পুম্নমক লৌতুনা অশিল-অরাং শাহুনা পুম্নমক মথুংমক্তা শিন্দুনা মতু অপনবা লৈতনা লোইশিল্লগা ইমুংগী অমম্তুং মতুগী থাগং-রাহৈ পুম্নমক পুতুনা হেক্তা চংখি,— মহাক লৈত্রবদি করিমগা ত্তৌবা ঙয়োইদবগুম্মী, পুম্নমক মওং চাররোইদবগুম্মী, মীগী মাইথেং অমম্তুং মিংকী ইঙ্গিতশিং অসিনা নুপীশিংগী থম্মোয়বু তংশংনা ওমচাক্লহল্লবনি। থবক-ইশ্যাং লোইশিল্লকপদা মসিগী মরমদা চহি খুদিংগী থরমখৈ খংন-চৈনবা থোক্তবা মরৈত্রে। মরু ওইনা মমা ঙসিস্তু হিংলি অমম্তুং ঙসিস্তু মহাক্তা য়ুম্বরেনবী ওইরিবনি। অতুবু চহি থোইদোক্তা য়াম্লবী মযানা মতুগী অরান অশুই য়েংতুনা ঙাংবা শকপা চৈ-থাংবগী থবক অতুখক্তং মথুত্তা থম্লগা য়ুম্বানবগী অতৈ থবক পুম্নমক মহাক মশানা য়ানিংনা মো অহল অমদি মো য়াইমগী মথুত্তা শিন্নথোক্তুনা নিংঙাইদনা লৈগ্রবনি। মহাক্তা মো অতোম্বীবু শুপায়া য়ানিংদে। মো অতোম্বী মশক ফজে, মহাক অচৌবা ইমুংগী নিঙোলনি, মহাক্কী মরিক-মকোল মফি-মরোল দরকার ওইদগী হেন্না লৈ, মহাক ইমুংগী থবক মকুপ-মত্তা নোম্বদা য়াউদে, মহাক চিঠি ইবা ঙম্মী, চাউথোক্তুনা মখোঙ লৈবাক তাদে, অসিনচিংবা রাকং থা তরামাথোই চুপ্পা লেপ্তুনা তারকপনা মমৌ অসিবু য়ানিংদবনা মাগী থম্মোয় ফুল্লকই; অতুনা মতম কূইনগী তুংদা মমৌ অতু য়ুমদা লাকপা মতমতুদা মহাক থৌলৈতনা চংলকপগুম মঙোন্দা ফাওই।

ওরাংদগী ব্রাথোক অমা থোক্লি মহুদি, ধরণী সাণ্ডেলখোয়গী য়ুমগী খুঁদিংশিংগী সন্দেশ য়ামদনা পীখি, য়ামদনা পীখ্রিবসি মখোয় লাইবৈ হায়হনিনি। অখিবা মিংচং অসি শুপ্নগী খুঙ্গংদদা নওনা মহু সহর লাম্থোক্লুনা বিলাত ফাওবা য়োগদবগী তৌমাল্লে, —লুংঙাইতবা পাউ অসি য়ুম্বুরেম্বীনা আহ্নিক পূজা তৌহনা ফম্লিউদা তারে। মতম অহুদা থোদোক অহু পুং কুন্থ্রানিথোই হৌরবনি,— মালা চংপদা থোইদোক্লা অকায়বা ওইহল্লে, অহুবু চাংন-শক্লবগী লোইবা নাইদে। মৌ অতোম্ব না মহাক মশাবু অচৌবা ইমুংগী নিঙ্ভোলনি হায়হুনা চাউথোক্লুনা লাইরবা ইমুংহুবু ঈক্লাইবা পীবনি হায়বা অম্বিদা কনাস্থু চিংনবা পোক্লদ্রে। মৌ অতোম্বী বা ময়াম অসি তুম্মিন্না তাহনা খাংই মহুদি নওে, মরক মরক্তা মহাক্লস্থু খুম্মা, অহুবু মহাক্তী করিগুম্বা বা অমত্তা হাকথেংননা মনেম্বোক্তা মনাকোং য়োদে, পাউথাং ওইনা য়োই। অহুনা মহাক্লা হায়খিবহু মী অমদগী মী অমগী নাকোং য়োবদা লৈশি-লৈপোন কয়া য়াউহনা মশক-মওং পুমংহোং হোংলে, ঈথক অহু পাক লেপহনবা কনাস্থু পামদে। ওসি অয়ুক্তা ইমুংগী ফিভম অসিনি— সথাল শাগৈগী সন্দেশকী ব্রাথোক্তী মরি লৈননা মৌ অতোম্বীগী মরমদা খন্ন-নৈনবগী লাঞ্জাও থোক্লি, মতম অসিদা মপান্দা শিবরতন্না মৌ অতোম্বা অহুমকপু খাঞ্জেল হৌনা থাগংলি।

শিবরতন্না হায়রকই, “য়ুমশকৈশদা ইনাও নুপী অতোম্বীবুস্থু পুবিখ্রো। ঐখোয়গী নুপীমচা মুমিং খরনিগা অমুক লৈথরবদি—

পুন্নমক মফম মফম চানা লোইশিন-খমজিন্দুনা ঐ চহি চুপ্পা রানিংঙাই লৈরবোইদবনি, থবক পুন্নমক অসি অতোপ্পা মৌ অমত্তনা অহুম্না মওং চানা শিনবা ঙম্লোই,— অহুবু করমথি তৌগনি। পুত্রগা নুমিৎ মঙা-তরানিদংদি মমাগী মনাক্তা লৈহল্লু, অহু ওইরবদি নুমিৎ খরনি মনাও নুপীশিংগা নুংঙাইনা লৈমিন্নজগনি। বিভূতি, নঙগী লৈফমহুদা খুদোংচাদবদি কন্নিমক্তা লৈতেদনা ?"

বিভূতিনা হায়রকই, "লৈতে দাদা, খুদোংচাদবা করিস্ত্র লৈতে।"

শিবরতন্না হায়রকই, "ফরে, মহুম্না তৌরো। মৌ অতোপ্পী য়ুম থাদোক্লুনা চৎখিগনি খল্লুবদদা ঐগী বিজয়াগী অরাবা থোইনা হেনগৎহনবগুম ফাওই,—অহুবু অমুক করমদি তৌগদগে। পুন্নমক দেবীগী অপাম্বনি। চহি চুপ্পা মন্নামসিগা লোয়ননা লৈমিন্নবা—"

হায়রগা নুংশা মপী অমা শাংনা হোন্দোরকই, অহুগা করিনো খরা হায়গদবগী তৌরকপা মাল্লি, অহুবু খঙহৌদনা মখোয় পুন্নমক তশেংনা চঙক্লুখ্রে।

অহল ওইরবী মমা কপ্পা কপ্পা লাক্লুনা তশেংনা মখোয়গী মমাংমক্তদা লেপ্লরে। শিবরতন তৌফম খঙদনা হিদাকফু থম্লগা হৌগৎলক্লে, শম্ভু অমস্তুং বিভূতি মখোয়স্তু মমাখা অহলগা লোয়ননা হৌগৎলক্লে।

মমাৰ্না কপ্পা কপ্পা হায়ৰকই, "শিবু, ঐগী গুরুদেব পন্দুনা ৱাশক্লিবসিনি, নঙগী য়ুমসিদা ঐ অমুক ঈশিং ফাওবা লৈতোন্ত্রা তংলৱোইদবনি, কৱিগুম্বা মসিগী বিচার তৌদ্রবদি। ইমৌ অতোম্বী অচৌবা ইমুংগী নিঙোলনি, মানা ঙসি ঐঙোন্দা খোঙউপ লংঙক্লুনা ফুই।"

মাংদা বজ্র তারবস্তু অহুক হাক্লা চঙক্লগনি নিংদে।

বিভূতি কীবনা কাহৎখ্রে, শিবৱতন ঙকপনা তৌফম খঙলক্রে, হায়ৱকই, "মৌ অতোম্বী। মসিবু কৱিগুম্বদা ওইথোকপা য়াবৱনে ইমা?"

মমার্না অহুম হিক-হৈবা খোন্থাংনা হায়ৱকই, "ওইথোক্লবস্তু কান্নদে ইবুংঙো, মাদি মৌ অতোম্বী নিদনা! অচৌবা ইমুংগী নিঙোলনিদনা! মহ্ ওইনিবা ওইজৱসনু, গুরুমক পন্দুনা ৱাশকখ্রবনিনা য়ুমদা থমহুনা কনুবী নমাবু অমুক ফুহল্লগনু ইবুংঙো, ঙসিমক কাশীদা থিনবিৱো। মখোয়গী চৱণদা চংজফম লৌবা চৎচখ্রগে।"

উনা উনা নুপী অঙাং মীনাই-মীশলনা মফমহু কুক কুক ইন্নৱক্লে, শিবৱতন্না মাগী অঙাং ওইৱিবা মচানুপী গিৱিবালাদা য়েংহুনা হায়ৱকই, "কৱি তৌৱিবগে গিৱি, নঙ খঙত্রা?"

গিৱিবালানা মঙক নোমহুনা হায়ৱকই, "খঙই বাবা।"

অসি হায়ৱগা মহাক্লা ম্নাঙ্গেলখোয়গীদা সন্দেশ খৱা য়ামদনা পীখিবগী ৱারীহু মৱিক চুম্না তম্লগা হায়ৱকই, "অবোক্লা ইন্দোমচাদা য়াম্না ঙাংবি-চৈবি বাবা।"

শিবরতন্না হায়রকই, "অদুদগীদি ?"

মচানুপীনা হায়রকই, "ইন্দোমচানা মমিং উইশিন্দুন। মাই শিংলি, মমাংদা খুড়াতোনগী খোঙউপ জোড়াহু লৈরমহুনা। মহুদা মখোঙনা হেক খুজি থিরুবদনি।"

শিবরতন্না হংলকই, "অদুগী মখাদি ?"

গিরিনা হায়রকই, "খোঙউপ নাম্মা শিংতুনা চংখিদুনা অবোক্কী মখোঙ মমাদা তাকুই।"

শিবরতন্না শুপ্লগী অস্নুম্নদা হায়রকই, "হুঁ!" মমাদা য়েংদুনা হায়রকই, "ইসুংদা চংবিগ্রো ইমা! মসিগী বিচার করিগুম্বা তৌদ্রবদি মতমদুদা কাশীদা চংশিয়ু।"

ময়াম পূম্নমক অমমম তপ্না তপ্না হন্দোক্লগ্রে, শুপ্লদগী মর্চিল-মনাও অহুম মফমদুদা চপ য়ুংনা ফমদুনা লৈ।

মীনাইনা হিদাক পীরম্লগা চংগ্রে, অদুবু মদু মতোমদা অহুম চাকুনা লৈ; শিবরতন্না শোকলুগ্রে।

চাউরাক্লা পুংখায় অমরোম মতৌ অস্নুম্না ডুম্মিন্না লৈক্লরগা মমৈথংদা মমাই নোনথংদুনা হায়রকই, "বিভূতি ?"

বিভূতিনা তৌকম খঙদনা খুম্নকই, "আজ্ঞা ?"

শিবরতন্না হায়রকই, "নংাক্কী মুপীবু দণ্ডি পীবা নঙনা নত্তনা অতৈ কনানম্নু পীনবগী অধিকার লৈতে।"

বিভূতিনা চিংনবনা থুমহংনা খোঞ্জেল পিক্লা হায়রকই, "তাকশিয়ু।"

শিবরতননা হায়রকই, "খোঙউপ অহূ নহাক্তী মুপীগী মকোক্তা হাপকংদবনি। মাঙ্গোল ময়াইদা মহূ কোকথোংনহুনা নুমিৎ চুপ্পা লেপতুনা লৈহনগদবনি। নঙোন্দা এৈনা য়াথং অসি পীরবনি।"

য়াথং তাৰ্বদা বিভূতি কোকচাউবী কাখ্রে। মহাক্তী মনেম-মকুগী মাইথোঙ মশেল-মবাইগী মাইথোং, মীনাই-মীশল, মুপীগী মাইথোং, পূম্নমক অমুক্তদা চপ মান্নবা উরক্তুনা মথৱায় নুংঙাইতবনা মমাই কাহংখ্রে; মহাক্না কাজিনবা খোজেলনা হায়রকই, "অহূবু দাদা, মরালগী বিচার তৌবিদনা—"

শিবরতননা খোজেল ঙীংনা হায়রকই, "ইমাবা থোইদোক্না ঙীকাইবা নংই হায়না লৌরি, মসি নঙস্থ উরিবনি। মহাক্তী মরাল করিনো, মরাল কদায় কাওবা লৈবগে, বিচার অসি এৈনা তৌবা ঙম্বা নত্তে। এৈনা বিচার তৌবা ঙম্বা নথোয়গী নকমদা এৈনায়াথং পীরবনি। হৌজিক করি তৌগদগে মহূ নঙনা খঙল্লি নি।"

বিভূতিনা হায়রকই, "দাদাগী য়াথং পুন্সি চুপ্পা কোকথোং-নজরক্লিবনি, করিগুম্বা নুমিৎতস্থ ইনীং তৌজরক্ল্রিবনি। ঙসিস্থ মহুমক ওইগনি, অহূবু—"

অহূবূ হায়বসিদগী মহাকস্থ মথা তাথবা ঙমদ্রে, শিবরতনস্থ মাইথোং লুকচান্নবা তুম্মিন্না ক্ষমহুনা লৈখ্রে।

বিভূতি ঙাইহাক তুম্মিন্না ক্ষমহুনা ময়াম্বগী মকমদগী করিগুম্বা খরা আশা তৌহনা লৈবা মাল্লি। অহূবু ইঙ্গিত অমত্তা

কংগ্রহনা মহাক্না হৌগৎলগা হায়রকই, "দাদা, ঐ চৎচরে—" অসি হায়রম্লগা মহাক তপ্না ইমুংলোমদা চংশিনখ্রে।

শিবরতন করিগুম্বা ৱা অমত্তা ঙাংদে, অহুম মাইথোং লুক্লপ্না লেংদনা ফমহুনা লৈ। পূজা তৌবা ইমুংনি, ঙসিস্থু মরি-মতা, মীতোপ, ঙাই-শেল, লৈকাইগী নুপী-অঙাং, মীনাই-মীশল থন্না লৈরি। পুম্নমক অসিগী মমাংদা মহাক্না মথরায়দগী হেন্না লুন্না তৌজবী মৌ অতোপ্পী অহুমকপু অহুক শাথীনা ঈকাইবা পীবা, অহুক শাথীবা দগি পীবা কমদৌনা ওইথোকপা, য়াগদগে হায়বা মহাক মশামকস্থু খঙবদা লাম্বা ফংদে। মহাকী লুকথরিবা মিৎলুদগী শারবা পীরাং মতুম মতুম লৈমায় 'থক্তা তপ তপ তারক্লি— অহুবু 'বিভুতি' হায়হনা অমুক্তা কৌশিন্দে। ঙপ্নদগী মপুক্লিংদা থম্মোয় কায়না হায়জরি— অহুবু, অহুবু ইমানিনে! ইমানিনে! মহাক ঈকাইবা নংলবনিনে।

---

# অভাগীর স্বর্গ

## অমা

ঠাকুরদাস মুখোপাধ্যায়গী চহি য়াম্নবী নুপী নুমিৎ তরেৎনি নায়ম্লগা শিখ্রে।

অতল ওইরবা মুখোপাধ্যায় মহাশয় ফৌগী করবারদগী থোক্লদোক্লা, অচৌবা মী ওইখিবনি। মহাক্কী মচানুপা মরিনি, মচানুপীনা অহুম্নি, মচানুপা-মচানুপীশিং ওয়া মচা পোক্লে। মমহাকশিং— লৈকাইগী মীয়াম, মীনাই-মীশল— থোদোক অহু উৎসব অমগুম থোকখ্রে।

মচানুপীশিংনা কপ্পা কপ্পা মমাগী মখোঙদা থাম্বপ্পা আলতা য়েক্লক্লে অমস্তুং শিংগ্রেংদা সিন্দুর হাপ্লক্লে ; মমৌনুপীশিংনা লাইথঙ্গা চন্দন থিনবিরগা মমল য়াম্লবা ফিজোলনা মনেম্বোক্কী হকচাংবু লৈতেংনিরগা মফি ফিজিনা অরোইবা ওইনা খুয়া-উফুল তৈথোক্কুনা লৌনরে।

লৈ মথল কয়ানা, উমানা, মনম নুংশিবনা, লৈ পরেংনা, মৌনিলনা মসিবু অরা-অনাগী থোদোক্কি হায়বা পুক্কিংদা থাজবা ওমদে— মসিদি অচৌবা ইমুংগী খুম্ব্রেনবী চহি য়াঙ্খিগী মতুংদা অমুক হন্না নৌথোননা মহাক্কী মপুরোইবগী ময়ুমদা থিনবগুম্মী।

অহল ওইরবা মুখোপাধ্যায়না মাইথোং ঊংনা মহাক্কী পূন্সিগী লোয়নবীবু অরোইবা বিদায় পীতুনা লোম্না মপী তৈথোক্লগা কায়না মৈশা লাংলবী মচানুপীশিং অমস্তুং মমৌশিংবু থেমজিনবিরি ।

হরিধ্বনিগী হৌরবা খোঞ্জেলনা অয়ুক্কী অতিয়া নিলহন্দুনা থুঙ্গং হুপ্পা তুং ইন্দুনা চংলি ।

অতুগা কনাগুম্বা অমত্তংদি খরা লাপ্তক্লা লৈতুনা কাংবু অতুগী মতুং ইল্লি, মহাক কাঙালীগী মমানি । মাগী খাংপোকশঙগী শুমাংদগী খামেন খরা হেক্লগা লম্বী অসিদা কৈথেল কারকপনি, দৃশ্য অসি উবদা মহাক অমুক লেংবা ঙমখিদ্রে। কৈথেল কাগনি খঙখিদ্রে, খামেন ফিজিদা পূন্দুনা অতুম লৈশ্রে— মহাক মপী তৈথোক তৈথোক্লা খ্বাইগী মতুংদা মোংফম য়োরক্লে।

খুঙ্গংগী চিদায়দা গরুড় তুরেল তোর্ব্বান্দা মোংফম লৈ । মকম অতুদা অয়ুক্কগী শীং, ঘি, খোইহি, ধুপ অসিনচিংবা পোংলম পুম্নমক লাংতুনা থম্লি। কাঙালীগী মমা জাত অতোনবীনি, তুলে নিঙোলনি হায়তুনা মনাক্তা চংলুনবগী মথৌনা লৈজদে, লাপ্না লৈশৌপুং অমদা লেপতুনা পোংলোইবা হৌবদগী মপুক্লিং চংনা মুম্না য়েংলকই ।

নিংথিনা শেম-শারবা চিতা মথক্তা অশিবা হকচাং থাংগৎলবা মতম অতুদা মহাক্কী ঙাংলবা মখোঙ অনি উবদা মাগী মমিং

অনিমক কুপকনি খঙখিদ্রে, চেনশিন্দুনা অলতা বিন্দু অমত্তং লৌরগা মকোক্তা হাপ্লিংলকই।

খোজেল মরামগী হরিখ্বনিগা লোয়ননা মচানুপানা মখুংতা পাম্নরিবা মন্ত্র শোল্লবা মৈ চুরক্পা মতম অত্নদা কাঙালীগী মমাগী মমিত্তুগী পী অর-র শিন্থরক্লে, মপুক্লিংদা হন্না হন্না হায়জরকই, লাইবক ফবী ইমা, নহাক স্বর্গ কারি—ঐঙোন্দস্ু আশীর্ব্বাদ তৌবিরম্মু, ঐশু মতৌ অস্থুম্মা কাঙালীগী মখুত্তুগী মৈহুদং ফংজনিংই।

মচানুপাগী মখুংকী মৈ! মত্নদি অচম্বা রাকম নত্তে। মপুরোইবা; মচানুপা, মচানুপী, মগুনুপী, মীনাই-মীশল, মরি-মতা—সংসার পূম্নমক রাইফংল্লমত্নুনা স্বর্গ কারিবসি উবদা মহাক্কী থম্মোয় ফুনগংলক্লে—লাইবক ফবা অসি ফংজগদ্রা হায়বগী অরেপ্পা লৈতে।

হৌজিক নিংথিনা চাক্লিবা চিতাদগী মৈখু মরাম শংলৈনবা মচুগা লোয়ননা লৈ লৈহুনা অত্তিয়াদা পায়খংলি, কাঙালীগী মমানা মহুমক্কী মন্নুংদা পিক্লবা দোলাই অমখক্কী মশক ময়েক শেংনদি উবগুম তৌরকই। মত্নদা লাই কয়া য়েকই, মহুগী মতোন্দা লৈ অমস্নুং উনা য়াম্না থেংলি। মন্নুংদা কনানো অমা থম্লি—মহাকপু মশক খঙবা ঙমদে, অদুবু মহাক্কী শিংগ্রেংদা সিন্দুর শাংনা চিংই, মখোঙ অনিমক আলতানা মচু শংলি। নোংথক্তা য়েংখংতুনা কাঙালীগী মমাগী মিংলু নাপোম অনিদগী পীরাং শিন্থরি।

অসিগুম্বা মতম অসিদা চহি তরামরি-তরামঙাগী নুপামচা অমনা মহাক্কী ফিজি চিংহুনা হায়রকই, "কৈদোবা লেপ্লিবনো, চাক থোংলরোইদ্রা ?"

মমানা চঙক্লনা হন্না য়েংলগা তপ্না হায়রকই, "থোংনিয়ে।" খঙহৌদনা লোংথক্তা মখুং থিন্দুনা লাংতক্লবা খোজেলনা হায়রকই, "য়েংউ, য়েংউ ইব্রুংঙো— ইমা-ঠোরাণী দোলাই অসিদা ভোংহুনা স্বর্গ কাব্রিবসে।"

মচানুপানা ঙক্লা মমাই নোনখংলগা হায়রকই, "কদায় ?" ঙাইহাক কোইয়েং য়েংলগা হায়রকই, "ইমা ঙাওরে। মসিদি মৈথুনি।" শাউহুনা হায়রকই, "নুমিৎ য়ুংবা মতুং ওইরে, ঐ চাক লাম্লয়োইদবোই খনমাল্লে।" মহুগা লোয়ন-লোয়ননা মমাগী মমিত্তুগী শিন্থরক্লিবা পীরাং য়েংলহুনা হায়রকই, "বামোনখোয়গী য়ুম্বুরেনবী শিরগা নঙনা কপ্লিবা করিগীনো ইমা ?"

কাঙালীগী মমা হৌজিক্তা জ্ঞান ঙাক্লে। মীগীদমক্তা মোংফমদা লেপহুনা মতৌ অস্থুম্না কপলুবসি খল্লুবদা মহাক মশা মতোমদা ঈকাইজরক্লে, অহুদা নত্তে মচাগী অমঙ্গল ওইগদ্রা চিংনবনা খুদক্তা মপী তৈথোক্লগা নোকফেৎ তৌনবা হোৎনরগা হায়রকই, "কৈদৌনা কপচক্লনি—মিঙা উফুল চংথিহুনা তৌবনিদা।"

"খঙই, মিংতা উফুল চংবদি নত্তে। নঙ কপ্লম্লিবনি।"

মমানা অমুক য়েংত্রে। মচানুপাগী মখুং পায়দুনা হিদেন-তাকমদা কুমথরগা মশামকম্ম ঈরুজরে, কাঙালীবুম্ম ঈরুজবিরগা ময়ুমদা হল্লক্লে।

মোংকমদা পোংলোইবগী অরোইবা শরুক উবা মাগী লাইবক্তা তমখিদ্রে।

## অনি

মচাগী মমিং খোনবা মতমদা মমা-মপাগী অচেংপা থাজবদুদা নোংদম্বা বিথিনা মরুমদা লৈদুনা অয়াম্বা শরুক্তা শুপ্পগী নোক্কুম্বা তুম্মিন্না লৈথোক্লে, শাথীনা য়ানিংদবা উংলি! অদুনা মখোয়গী মপুন্সি চুপ্পদু মখোয় মশা মশাগী মমিংশিং অদুবু শিদ্রিবা ফাওবা নাথৈদুনা চংপগুম তৌই। কাঙালীগী মমাগী পুন্সিগী ইতিহাস পিকই, অদুবু পিক্লবা কাঙ্গালী ওইবা পুন্সিদুবু বিধাতানা করেম্মবা অসিগী দায়িত্বদগী নাম্থোকপা ফংখি।

মহাকপু পোকপগা মাগী মমা শিখি, শাউদুনা মাগী মমিং অভাগী ( লাইবকথিবী ) হায়না থোল্লি। মমা লৈত্রে, মপা তুরেলদা ঙা ফাবা কোইচং চংলি, মঙোন্দা অযুক-মুংথিল লৈত্তে, মুমিদাং থাদে। অদুম ওইনমক কমদোদুননো পিক্লিবী অভাগী নোংমা কাঙালীগী মমা ওইরনবগীদমক্তা হিংলকখিবদু অঙকপা

ব্রাকম অমনি। মহাক্না লুহোংখিবা নুপা অহুগী মমিং এসিক বাঘ কৌই, মাগী অতোপ্পা নুপী অমম্ভু লৈ, নুপীচুগা লোয়ননা মহাক খুল হোংখি, অভাগী মাগী মরাইবক থিরবা পিক্লিবা অঙাং কাঙালীগা লোয়ননা খুঙ্গংচুদা অচুম লৈহৌরে।

মহাক্কী কাঙালী অচু চাউরক্কুনা ঙসি চহি তরামঙাদা খোঙ থাংজিল্লক্লে। ইন্দক্লা লীচৈ শাবগী থবক তম্না হৌরি, চহি অমরোম তমথরবদি মহাক্কী থিরবা লাইবক ফগংলক্কুনা অরাবা থরমথৈদি কোক্লগনি হায়না অভাগীনা আশা তৌরকই। অরাবা অসি করিনো, মচুবু পীরিবা মহাক্না নঙনা অতৈ কনানম্ভু খঙদে!

কাঙালীনা পুখ্রিদগী মচিন তেংলুরগা কারকপদা উরে, মহাক্না চারম্বগী অরেম্বচু লৈবাক্কী পাত্র অমদা মমানা হাপচিল্লম্ম ঙক্কুনা হংলকই, "নঙ চাদ্রব্রা ইমা?"

"নুমিং য়াম্না থেংলে নুপামচা, হৌজিক অমুক লামদ্রে।"

মচানুপানা থাজদে; হায়রকই, "চানিংলমদবা য়াই। য়েংগে কদায় নঙগী চফুচু?"

অম্বয়া চালাক তৌচুনা কাঙালীগী মমানা কাঙালীবু লৌনম তৌচুনা থম্লকই, মহাক্না চফু ময়েংলবতদা নিংঙাই তোকই। মচুদা মী অমগী ওকপা য়াবা য়াউরি।

মতম অচুদা মহাক মপুক্লিং মকা লাম্না মমাগী তম্পাক্লা চংশিন্দুনা ফম্লরে। চহি মতাং অসিগী অঙাংনা মহৌশানা

মতৌ অস্থুম্না তৌনদে, অতুবু পিক্লিঙৈদগী মতম শাংনা পেং পেং মাতুনদা লৈরকপনা মহাক মশা য়াম্না শোক্লি হায়তুনা মমাগী মতম্বাক থাদোক্তুনা মপান্দা মমান্নবশিংগা তৌন্নরুবগী খুদোংচাবা ফংলক্তে। মফম অসিদা ফমতুনা মহাক্কী শান্ন-খোংনবগী অপাম্বা মনিং থুংহল্লক্লিবনি। মথুং নাম্বনা মমাগী মঙকশমদা কোল্লুবদা কাঙালীনা ঙক্লুনা হায়রকই, "ইমা, নঙগী নশা অসে মৈ হৌনা শাই, নঙবু নুংশা মরক্তা অশিবা মৈ থাবা য়েংবা করিগী চংলুরিবনো? করিগীনো অমুক ঈক্লজক্লুরিবতুনা? অশিবা মৈ থাবা নঙ—"

মমানা নুংশাগীনা মখুংনা মচাগী মচিন মেন্দুনা হায়রকই, "হায়হৈদে নুপামচা, অশিবা মৈ থ'বা হায়বা তৌনদে, পাপ পুগনি। লক্ষ্মী চেনবী সতী ওইবী ইমা-ঠৌরাণী দোলাই তোংতুনা স্বর্গ কাখি।"

মচানুপানা চিংনদা হায়রকই, "নঙগী রাসি অঙকপনি ইমা: দোলাই তোংতুনা কনানবু স্বর্গ চংনরমগনি।"

মমানা হায়রকই, "এ ইমিংমক্তা উরকপনিনে কাঙালী, ইমা-ঠৌরাণী দোলাইদা তোংই। মহাক্কী মচু শংলবা মখোঙ অনিতু ময়ামস্থু উরিবনিনে।"

"ময়ামস্থু উবা।"

"ময়ামস্থু উরিবনি।"

কাঙালীনা মমাগী মথাদা ঙাথরগা ফমতুনা খল্লকই। মমাবু থাজবা হায়বা অসিমক মহাক্কী হৈনবীনি, থাজবা অসি অঙাং

ওইরিবৈঙেদগী তম্নক্লবনি, অহুগুম্বী মমা অহুমা মম্নামস্থ অহুগুম্বা খোদোক্কু উই হায়রি, মতম অসিদা খাজরোইদনিংঙাই লৈতে।

ঙাইলাক লৈয়গা মহাক্না তপ্পা তপ্পা হায়রকই, "অহু ওইরবদি ইমা নঙস্থ স্বর্গদা চংলগত্রা? বিন্দিগী মমামা নোংমা রাখালগী মনেদা কাঙালীগী মমাগুম্বী সতী হুলে লৈকাইদা অতোপ্পা কনাস্থ লৈতে হায়খি।"

কাঙালীগী মমা তুম্মিন্না লৈ।

কাঙালীনা অহুম্না তপ্পা তপ্পা হায়রকই. "বাবানা নঙবু খাদোক্কুনা চংখ্রবা মতম অহুদা অমুক হম্না য়ুম্নাম্নবা নঙোন্দা ইনশিনখি। অহুবু নঙনা য়াখিদে। নহাক্না হায়খি, কাঙালী হিংলবদি ঐগী অবাবা কোক্লক্কনি, অমুক হম্না য়ুম পাল্লুগদোরিবা করিগীদমক্তনো? অচুম্বনি ইমা, করিগুম্বা নঙনা য়ুম অমুক পাল্লয়রবদি ঐ কদায়দা লৈরমগদগে? ঐ চাবা ফংদহুনা নহালনা শিখিরম্বা য়াই।"

মমানা মচাবু মখুৎ অনি চংহুনা মখাদা চেজেৎ কোনশিনখ্রে।

মরু ওইনা মতমহুদা মঙোন্দা পাউতাক অহু পীখিবা মী খোইনা য়ামদবা নংখিদে অমম্নুং মহাক্না করিগুম্বা মওংদস্থ গুপম্না মম্নাত্রবা মতম অহুদা উৎপাত উৎপত্রবস্থ মঙোন্দা খোইনা হন্থনা তৌবিখিদবা নত্তে, রাকম অহু নিংশিংলুহন্দা অভাগীগী মমিস্তস্থ মপী শিন্থরক্লে।

মচানুপানা মপী তৈথোকপিরগা হায়রকই, "কম খারোয়া ইমা, হিল্লগেরা?"

মমা তুম্মিন্না লৈ। কাঙালীনা কক থারে, কাম্বা থাজিন্নে, লুখুমদা মোন থাম্নগা মথুং পায়হনা মমাবু শমহনা কমুং তাম্না পুনশিন্দুনা লাকপদা মমানা হায়রকই, "কাঙালী, ঙসি নঙ থবক চংলুবগী কান্নদে।"

থবক শুব-নোম্বগী বা হায়বদা কাঙালী থোইদোক্না হরাওজে, অদুবু মমাক্না হায়রকই, "থরচকী পৈসা অনিদংহ— অদু ওইরবদি পীরক্রোই ইমা!"

"পীদনু— লাও ফুম্নারারী লিবিগে।"

তানিংবনা অমুক থাংবা ঙম্রক্রে, কাঙালীনা থুনা মমাগী মশা থেংনা হিপথরগা হায়রকই, "লিরো অদুদি। নিংথৌমচা, মন্ত্রী মচা অহুগা শগোল অপাইবী অদুগী—"

অভাগীনা নিংথৌমচা মন্ত্রীমচা অহুগা শগোল অপাইবীগী বা পন্দুনা ররী লিবা হৌরকই। মসি পুম্নমবসি মীতোন্দগী তত্তুনা তানরক্লিবনি অমসুং মমাইঙেদগী মথং মথং লিনরক্লিবনি।

অদুবু মিংকুপ থরগী মতুংদা কদায়দা চংখ্রে মাগী নিংথৌমচা, অহুগা কদায়দা চংখ্রে মাগী মন্ত্রি মচা—মহাক্না অসিগুম্বা ফুঙ্গাৱারী লিথরক্লিবদু কনাগী মফমদগী তমলুবা নত্তে— মশানা লেংজবনি। মহাক্কী অনাবা অহুকী মতিক কনখংলক্লিবমথৈ, অহুকী মতিক মকোক্তা ঈ কয়। হাইগংলক্লিবমথৈ মহাক্না অনৌ-অনৌবা ফুঙ্গাৱারী মথং মথং রচনা তৌদুনা লিথরকই। মহাক পোথাবা লৈতে, লেপ্পা লৈতে, কাঙালীগী থম্মোয়-হকচাং হম্না হম্না নিক্লকই।

কীবনা চিংনবনা মহাক্না নত্তনা মমাগী গুকশমদা। চেঙেং কোন্দুনা মমাগী পুক-মুংদা তীনখিবা পাম্বগুম্মে।

মপান্দা নুমিংকী মঙাল শামখ্রে, নুমিং তাখ্রে, সন্ধ্যাগী মাওথাংনবা মন্নি মন্নিবত্থ য়াম্না মমশিন্নক্লুনা চংখোক চংশিন্দা অপনবা পীরক্লে, অহুবু ইমুংদা ঙসি অমুক থাউমৈ চুখংখ্রে, য়ৃন্বানবগী অরোইবা থোদাং পাংথোক্লবা কনাস্থু ঢোগংলক্লে, শুক-শুনা অমম্বা মরক্তা নারিবী মমাগী অরেপ্পা লৈতবা খোঞ্জেলদু তুম্মিন্না তারিবা মচানুপাগী মনাকোংদা অমৃত খিকপগুম থোকই। মহু মোংকম অহুগী, তঙাংলবা খোঙ অনি অহুগী, মনাক্না স্বর্গদা কাখিবা অহুগী পাউদম্নি। কমদোনা কায়ন-মৈশা লাংলবা মপুরোইবনা অরোইবা খুয়া-উফুল পীদুনা কপ্পা কপ্পা বিদায় পীখি, করমতোনা হরিধ্বনি তৌদুনা মচানুপাশিংনা মমাবু থাংদুনা পুই, অহুগী মতুংদা মচানুপাগী মখুত্তগী মৈ! মৈ অহুদি অচম্বা মৈ নত্তে কাঙালী, মহুদি হরিনি! মহুগী অতিয়া শকপা মৈখুদু মৈখু নত্তে ইবুংঙো, মহুদি স্বর্গগী দোলাইনি! কাঙালীচরণ ঐগী ইচানিদনা!

"করিগীনো ইমা ইমা?"

"নঙগী নখুত্তগী মৈ ফংলবদিনে মুপামচা, ইমা-ঠোয়ানীগী মত্তোগুম ঐস্থু স্বর্গ কাবা ফংগনি।"

কাঙালীনা শেংকাত্তবা খোঞ্জেলনা অন্থুয়দা হায়রকই, "মহুম্না হায়বা হোৎনদে।"

মমানা মা অসি তারমদবা মাই হায়না নিংই, অশাবা মুংশা মপী হোন্দোক্লগা হায়রকই, "জাত অতোমবনি হায়দুনসু মতম অদুদদি অদুম শুহনমক কনানসু হঙ্গোইরোই—লাইরবীনি হায়দুনা কনানসু ইঙ্গোক্লুনা থম্বা ওল্লোই। ইস! ইচানুপাগী মথুক্লগী মৈ—দোলাই থারকপা ওনি।"

মচানুপানা মমাগী মমাই চক্লা মক্ল নুকথরগা য়াম্না মথরায় মুংঙাইতনা হায়রকই, "মদুয়া হায়গদবু ইমা, হায়গদু, ঐ য়াম্না কীরক্লে।"

মমানা হায়রকই, "অদুগা য়েংঙোই কাঙালী, নঙগী বাবা অমুক্তা কৌরগেরা, মতৌ অদুয়া খুম্না-উফুল ইকোক্তা হাপ্পিদুনা ঐবু বিদায় পীবিরসনু। অদুম্না খোঙদা অলক্তা, শিংগ্রেংদা সিন্দুর—অদুবু কনানবু হাপ্পিরগদগে? নঙ হাপ্পিগেরা—নত্রগে কাঙালী? নঙনা ঐগী ইচানুপানি, নঙনা ঐগী ইচানুপীনি, নঙনা ঐগী পুম্নমক্লি।"

অসি হায়না হায়না মহাক্লা মচানুপাবু মথাদা চেজেংঙা কোনশিনখ্রে।

## অষ্টম

অঙাগীগী পুন্সি নাটক অরোইবা অঙ্কগী লোইশিল্লকপা চংথরি। থোইনা শন্দোক্লা নত্তে, ইচম চম্ননি। মশাগী চহি কুন্থ্রাদগী ঙসিন্দু হেল্লমদবা য়াই হায়না খল্লি, অদুগা মাগী অরোইবন্দু মতুম্মা অচম্বা মওংদা ওইরবা য়াই।

খুঙ্গং অদুদা কবিরাজ লৈতে, অতোপ্পা খুঙ্গংদা লৈ। কাঙালীনা চংতুনা কয়া হায়জ-নোঙ্জরুই, মমৈথংদা খুজাই বন্ধক থম্লগা মহাক্কী ফি লুপা অমা পীরে। অদুবু মহাক লাকপিদে, তুলসীনচিংবা মথল মরিনা শেম্বা গুলি খরা পীরকই।

কাঙালীগী মমানা মচানুপাদা শাট্টুনা হায়রকই, "নঙনা ঐঙোন্দা তাক্লমদনা খুজাই বন্ধান থমল্লুরিবা কবিরাজীনো ইবুংঙো?"

অসি হায়রগা মহাক্লা মথুং তিংথে াক্তুনা গুলি লৌরগা মকোক্তা শোক্লগা লৈরংদা হুজ্জিনগ্রগা হায়রকই, "ফবা তাক্লবদি মসিনা অম্তুম করগনি, তুলেগী ইমুংদা কনাম্তু কৈদৌঙৈদম্তু হিদাক চাতুনা হিংখিবা য়াউদে।"

তুমিং নিনি-হুম্নি অম্তুম্মা হৌথ্রে। য়ুম্লোন-ৈ করোম্নবশিংনা পাউ ফংতুনা হংবা লাকই, মানা মানা থঙজবা শজিগী মচি ঈশিং থা থাতুনা তক্লগা থকপনচিংবা কাম্নদবা হিদাক তাক্লম্লগা মাগী মাগী মথৌ চংমখি।

অঙাং ওইরিবা কাঙালী ভোকম খঙলক্রে, মমানা মহাক্পু মনাক্তা চিংশিল্লগা হায়রকই, "কবিরাজগী গুলিনা কাম্নদ্রে ইবুংঙো, অহ্নগা মখোয়গী হিদাক্কুবু কৈদৌনরুগদগে? ঐদি মশানা অহুম ফজরক্কনি।"

কাঙালীনা কপতুনা হায়রক্কই, "নঙ গুলিদি চাদনা ইমা, লৈরংদা হুঞ্জিনথ্রগনু— মশানা অহুম ফজরকপা কনা য়াউবগে?"

"ঐদি মশানা অহুম ফজরক্কনি। মহুগী শরুকপুদি নঙ চাক চখোম অনিদং থোংলগা ঐগী মাংদা চারো নাঙ।"

কাঙালীনা মসিমা অহানবা ওইনা মাগী তপঙ তপঙবা মখং অহুম চাক থোংবা হোংনরকই। চফু মহি চিথোকপা হেতে। নিংথিন চাক য়াইবা হেতে। শীং চাকহনবা হৈতে— লৈরং মখুংদা ঈশিং তাহনা মৈথু খুরকই; চাক থিবদা মখাদা হচাহ চাইনা তাই; মমাগী মমিঙা ঈরা চেল্লক্লে। মশামক অমুক্তং হৌগংনবা হোংনরকই, অহুবু মকোক পুবা ঙমদহনা ফমুংদা তুশিনখ্রে। চাবা লোইরবদা মচানুপাবু মনাক্তা কৌশিল্লগা করি তৌরগা করি তৌগদগে হায়বা নিয়ম নাইনা চাক থোংবগী মরমদা পাউতাক পীরকপদা মহাক্কী শোল্লবা খোঙ্গেল লেপখ্রে, মমিঙগী অংৎং-অখম লৈতমা পীরাং শিন্থরক্লে।

খুঙ্গংগী ঈশ্বর নাপিত মিঙ্গল-কাংলোন য়েংবা হৈ, থংনবা কুমিংকী অয়ুক্তা মহাক্তা খুদাং-মিঙ্গল য়েংলগা মশামকী মমাংমক্তদা শকফম হজিনখ্রে, নুংশা মপী হোল্লকই অমস্রুং মমৈথংদা মঙক

হাইহুনা হৌগংলকই। কাঙালীগী মমানা মসিগী অর্থ খঙলে, অদুম ওইনমক মহাক কাৈবা লৈতে। ময়াম চংনখ্রবদা মহাক্না মচান্নুপাদা হায়রকই, "হৌজিক অমুক্তা মাবু কৌরুবা ঙমগদ্রা ইবুংঙো?"

"কনাবুনো ইমা?"

"আদাগীদুবুনি— অসোমগী খুলদা হোংখিবা—"

কাঙালীনা খঙলদুনা হায়রকই, "বাবাবুরা?"

অভাগী তুম্মিন্না লৈ।

কাঙালীনা হায়রকই, "মহাক লাকউ য়ারক্কদ্রনে ইমা?"

অভাগী মশামকস্তু খোইদোক্না চিংনরিবনি, অদুম ওইনমক তপ্না তপ্না হায়রকই, "চংলগা হায়রু, ইমানা শুপ্রগী খুয়া-উফুল খজিক্কুং পামজৈ।"

মহাক্না মতম অদুমক্তদা চংকদবগী তৌরকপদা মমানা মখুং পায়দুনা হায়রকই, "খরা কন্না কায়জ-নোঞ্জরকউ ইবুংঙো, ইমা শিগদোরে হায়না তম্মু।"

ঙাইহাক লেপ্লগা হায়রকই, "হল্লকপদা অদুম নাপিত-ইনম্মদগী আলতা খজিক্তা নিদুনা পুরকউ কাঙালী, ঐগী মিং পনবদদা মহাক্না পীরক্কনি। ঐবু য়াম্না নুংশিবিবনি।"

মহাকপু অয়াম্বনা নুংশিবি। নারকপদগী হৌনা মমাগী মকমদগী মহাক্না পোং খরা অসিগী বা কয়ারক হন্না মওং কয়াদা তারক্লি, অদুনা মহাক মকম অদুদগী হৌনা কপ্না কপ্না খোরক্কই।

## মরি

মথংগী নুমিত্তা রসিক তুলেনা মতম চানা থুংলখা মতম অতুদদি অভাগী জ্ঞান মচেং মচেং মাংলম্লে। মাইথোংদা অশিবগী মরি তারম্লে, মিংকী মিংয়েং সংসার অসিগী থবক লোইহনা কদায়দনো মশক খঙদবা করিগুম্বা লৈবাক অমদা চংখ্রে।

কাঙালীনা কপতুনা হায়রকই, "ইমা-ও! বাবা লাক্লে— খুয়া-উফুল লৌগনি হায়বদায়!"

মমা খঙলম্বা য়াই, খঙলমদবসু য়াই, মহাক্কী অচেংপা পামজবনা মৈ চুবগী মতৌগুম মহাক্কী পঙথরক্লবা চেতনা (জ্ঞান) দা মৈচাক পীবা ওইনা থোক্লম্বসু য়াই। অশি-লম্নেল চংলিবী মহাক অসিগী পঙথরবা মখুং কমুংদগী তিংথোকুনা য়ারকই।

রসিক জ্ঞান মাংবগী মতৌগুম লেপতুনা লৈ। পৃথিবীদা মহাক্কীসু খুয়া-উফুল দরকার লৈ, মসিবু কনাগুম্বনা নিরকপা য়াই হায়বসি মহাক্কী কল্পনাগী বাংমদনি।

বিন্দিগী মনে কপতুনা লৈরম্মী, মহাক্না হায়রকই, "পীয়ু ইবুংঙো, খুয়া-উফুল থরা পীয়ু।"

রসিক চংশিল্লক্লে, পুন্সিদা মহাক্না কৈদৌঙৈদসু লুংশিখিখিদ্রবী শেংল-চানবা পীবিখিদ্রবী অতুগুম্বী নুপী অতুদা শিরমদায়গী মতমদা গুপ্নগী খুয়া-উফুল মরিক থরদং পীবা চংবদা কপথোরক্লে।

রাখালগী মমানা হায়রকই, "অসিগুম্বী লক্ষ্মী চেনবী সতীনা বামোন-কায়স্থগী য়ুমদা পোক্লমদনা মানা ঐখোয়গী তুলেগী ইমুংদা কৈদৌনা পোক্লম্লিবা! হৌজিক্তি মাগী গতি খরা শিনবিরো ইবুংঙো— কাঙালীগী মথুক্তগী মৈ মীহৌবনা মহাক মথরায় থাবা হায়বতু ওইরবনি।"

অভাগীগী লাইবক থিবগী লাইরেম্বনা মশক উদনা ফনতুনা করি খল্লিবগে হায়বা খঙদে, অদুবু অঙাং ওইরিবা কাঙালীগী থম্মোয়দদি রাকম অসিনা তেনগী মতৌগুম য়ুররে।

নুমিৎ অদুগী নুংথিলগী মতমতু হৌখ্রে।

অহিংগী অহানবা শরুকস্থু লেপ্লে, অদুবু অগুক্তীদমক্তা মমানা অমুক ঙাইবা ঙমখিদ্রে।

কনানা খঙগনি, অস্থুক তোল্লবা জাত অসিগীদমক্তস্থু স্বর্গগী দোলাই শিল্লমগদ্রা শিল্লম্লোইদ্রা, অদু নত্রগনা অমম্বদা মখোয় খোঙনা চৎপা তারম্বা য়াই— অদুবু অহিংগী অমম্বা কোক্তিভৈদা তাইবংপান অসি থাদোক্লুনা মহাক চংগ্রে হায়বা অসিদি খঙলে।

'খাংপোক-শঙ অদুগী শুমাং মতোন্দা হরিখাগোক পাম্বী অমা হৌরি, শীংজং অমা রাইক্লতুনা পুররুগা রসিক্তা মতু য়ানগে তৌরুবমক্তদা কদায়দগীনো জমিদারগী চৌকিদার অমা চেনশিল্লরুগা মথজাইদা মখোল হৌনা খুতুম্মা শুররে; শীংজং মুল্লগা হায়রকই, "থোরাবী, মসি নঙগী উনি খন্দুনা য়ানগে তৌরিব্রা?"

রসিক্না মখজাইদা মথুংনা নাল্লকই, কাঙালীনা কপ্লিং কপ্লিং তৌনা হায়রকই, "বাঃ! মসিদি ঐখোয়গী ইমানা মথুংমক্না থারম্বা উনি চৌকিদারবাবু! বাবাবু মরাল লৈতনা মঙনা ফুরিরা করিগীনো?"

হিন্দুস্থানী চৌকিদারনা অথিবা খোনচোপ্পা চৈয়হুনা ফুংগদবগী চাশিল্লকই, অহুৎ মহাক মাগী মমাগী অশিবা হকচাং শোক্লনা ফম্লি হায়রহুনা মাংবা কীবদগী ওইরমাল্লে মহাক্কী মশাদা খুং থাদ্রে।

লাউন-খোংনবহুদা মীয়াম তীনখংলক্লে; অয়াবা য়াউদনা রসিক্না উ য়ানগে তৌরুবহু চুমদে হায়বদা কনানসু য়াদবা ৎৌদে। মংোযমক্না চৌকিদারহুগী মখোঙ-মথুং পায়হুনা মহাক্না চানাবহুনা অয়াবা অমা পীবিনবা হায়জ-নোঞ্জরকই। মরমদি নারিংৈঙ মতমদা অনাবা হংবা লাকপা মখোয় অহুগী মথুং পায়হুনা কাঙালীগী মমানা মাগী অরোইবা অপাঙ্বা ফোংদোকখি।

চৌকিদার থেম্বা য়াগদবা মীশক নত্তে, মহাক্না মথুং-মশা হাইহুনা অসিগুম্বা চালাক মঙোন্দদি চংলোই হায়বা খঙহল্লক্লে।

জমিদার লমদম অহুগী মী নত্তে, খুঙ্গংদা মহাক্কী জমিদারী ওফিস অমা লৈ, গোমস্তা অধর রায়না মহুগী মকোক্নি। ময়ায়া হিন্দুস্থানীহুগী মকমদা অরেম্বদা হায়জ-নোঞ্জরিংৈ মতম অহুদা কাঙালী হৌহুনা চেনচিহুনা চুমদ্রিংনা ওফিস অহুদা লাক্লে।

মহাক্না মীনা ঙাংলবা তাই মজুদি, চৌকিদার, পিয়নশিংনা শেল চাই ; অমুক শাগীনা মরম চাদবা অত্যাচার অসি করিগুম্বা থৌবুরেল গোমস্তাগী মফমদা খঙহনবা ঙম্লবদি অচুম্বা বিচার তৌবিগনি হায়বসি মহাক্না অচেৎপা থাজবনি।

ওস্থোকপনি, হে খঙদ্রি-উদ্রিবা ! বাংলা লৈবাক্কী জমিদার অমস্তুং মাগী কর্ম্মচারীবু মহাক্না মশক খঙদে। হৌজিক্কা মমা কায়নরিবা পুপামচা অসি কায়ন-মৈচাক অমস্তুং মপুক্কিং লাংতক-নবনা ককঙাওনতুনা মথক্কা শং হেক্কা কাথংলক্লে, অদুগা রায় হৌজিক্কা পূজা-আহ্নিক লোয়রগা করিগুম্বা খজিক্কং চারগা মপান্দা থোরক্লম্মি, ঙক্কা অমস্তুং শাউরংননা হায়রকই, "কনানো ?"

"ঐ কাঙালীনি। চৌকিদারনা বাবাবু ফুই।"

"ফবনি, মপু মশক খঙদবা অতুনা থাজনা পীদদগী ওইরিব্নে ?"

কাঙালীনা হায়রকই, "নত্তে বাবু, বাবানা উ য়ানগে তৌরুবনি— ইমা শিরে—"

অসি হায়না হায়না মহাক কপ্লিংবা খাংবা ঙম্লক্লে।

অয়ুক্কা কপ্পা-লাউবা অসিদা অধর থোইদোক্না শাউরক্লে। পুপামচাসি অশিবা শোক্লরগা লাকপা ওইরমগনি, কনানা খঙগনি মফম অসিদা করি করি শোল্লম্লগদ্রা করিনো ! ধমকা তৌদুনা হায়রকই, "নমা শিরবদি চৎলো মখাদা কুমথরগা লেপপু। হাই কনা লৈ, 'সিদা যণথিগা ঈশিংপা খিক্কোক্লো লাও। করি জাত্তকী অঙাংনো নত্ত ?"

কাঙালীনা কৌথি-কৌক্ল্মনা শুমাংদা কুমথহুনা লেপ্লগা হায়রকই, "ঐখোয় হূলেনি।"

অধরনা হায়রকই,"হূলে! হূলে শিবদা উ কৈদৌনগদৌরিবনো হায়য়ু?"

কাঙালীনা হায়রকই, "ইমানা ঐঙোন্দা মাগী চিতাদা মৈ চু হায়রম্মী। থাজবিদ্রগা ময়ামদা হংবিয়ুদনা বাবু, ইমানা ময়ামদা হায়রম্বনি, ময়ামম্তু তাহৌবনি।"

মমাগী রা পনবদা মমানা শিরমদায়দা হায়রম্বা পুম্নমক মিংকুপ্তা নিংশিংলক্লুনা চরম ফুনগৎলক্লুনা পোকথায়গদবগুম ঙোরক্লে।

অধরনা হায়রকই, "নমাবু সংস্কার তৌগে হায়রবদি উগী মমল লুপা মঙা লৌরুচো। পীবা ঙমগদ্রা?"

কাঙালনা মহ্ ওইখোক্লোই হায়বা খঙই। মহাকী স্কুলগী ফি লৈননবগী মমলগী মশক ওইনা মানা চানরিবা শিথাইগী শেম্পাক বিন্দিগী মনেদা মমানা বন্ধক থমখিবা মহাক মমিংমক্লা উখ্রিবনি, মহাক্লা মঙক হাইরকই, হায়রকই, "ঙম্মোই।"

অধরনা খোইদোক্লা পিশুম শুক্লোক্লুনা হায়রকই, "ঙমদ্রবদি নমাহ্ তুরেল মপান্দা কোক হেক ফুমজিল্লুরো। মপা কনাগী উনি খন্দুননো নপানা য়ানগে তৌরুরিবদি— ঈকাই-খঙদবা, মানাই-মচা, অতোন-অতাসিগা।"

কাঙালীনা হায়রকই, "এৈখোয়গী সুমাংদা হৌবা উনি বাবু! মতুদি ইমানা মখুংমক্তা থারম্বা উমি!"

"মখুংমক্তা থারম্বা উ! পাঁড়ে, নুপামচাসি মঙক পায়তুনা মপান্দা খরা ইম্বোক্তো লাওদনা!"

পাঁড়েনা চংশিল্লক্লগা কাঙালীগী লুশম পায়তুনা ইল্লরে অমম্বুং অসিগুম্বা রাহৈ শিজিন্নরক্তে মতুদি, শুপ্পগী জমিদারীগী কর্ম্মচারীশিংতনা ঙাংবা ঙম্বা।

কাঙালী উফুল কম্হোক্তুনা হৌগংলক্লে, অতুগী মতুংদা তপ্পা তপ্পা মপান্দা খোকখ্রে। করিগীনো মলাক চৈ চারিবা, মহাক্কী মরাল করি লৈবগে হায়বা নুপামচাতুনা খনবদা লাম্বা ফংদ্রে।

গোমস্তাগী পুকচেল চাউরবা থম্মোয়দা মতু মমি ফাওবা তাহৌদে। মমি তারবদি কম অসি মহাক কনবা ঙম্লোই। হায়রকই, "পরেশ, য়েংলো লাওনহৈ, অঙাংসি খাজনা তোনত্রা তোন্দত্রা। তোল্লম্লবদি অরৈবা খরা নমতুনা মুন্দুনা পুরকউ—ঈকাই-খঙদবসি চেনখিবা য়াই।"

মুখোপাধ্যায়গী য়ুমদা শ্রাদ্ধ নুমিৎ— মরক্তা নোংমদা খল্লি। মতুগী শিনবা লাংবা ধুম্বুরেনবী অমগী মতিক চানা শিল্লি, অহল ওইরবা ঠাকুরদাস মশামক্তা কোইচৎ চৎতুনা মতু য়েংশিল্লি, কাঙালীনা লাক্তুনা মহাকমক্কী মাংদা লেপ্লগা হায়রকই, "আজ্ঞা-ইবুংঙো, এৈগী ইমা শিখ্রে।"

"নঙ কনানো? করি পাম্লিবনো নঙ?"

"ঐ কাঙালীনি। ইমানা মাগী চিত্তাদা মৈ চু হায়রম্মী।"

"মত্থ তৌরুচোদনা।"

জমিদারীগী ওফিসকী থৌদোক্তু চৈরক অসিদা য়ুমথাং মৈরৈনা শন্দোরক্লে, মুপা অমনা হায়রকই, "মা উ অমা পাম্বা ওইরম্বা য়াই।" অসি হায়রগা মহাক্না থৌদোক্তু কোংদোক্লকই।

ঠাকুরদাসনা ওক্না অমস্তুং শাউরংলমা হায়রকই, "তাও মীরেম। ঐমকী শীং য়াম্না দরকার নৈ— হংচিং থৌদোক থোক্লিমনি। চংলো চংলো, মকম অসিদা করিম্ব কাম্নরোই—"

অসি হায়রম্লগা মহাক অতোপ্পা মকমদা চংখ্রে।

ভট্টাচার্য্য মহাশয় থোইনা লাপ্তুনা কমত্থনা লিস্ট শেম্লি, মহাক্না হায়রকই, "নখোয়গী জাতকু সংস্কার তৌবা কনা য়াউখ্রবগে— চক্ত খুদাপ অমা মৈ থারগা মমাইদা চুরগা তুরেল মপান্দা থোক হেক ফুমজিল্লুচো।"

মুখোপাধ্যায় মহশয়গী মচান্নুপা অহল য়াম্না মথৌ চিম্না লম্বী অদোমদা কদায়দনো চংলি, মহাক্না মনা থাংগৎতুনা চাইহাক তাম্নগা হায়রকই, "উবিরেদনা ভট্টাচার্য্য মহাশয়, হৌজিক কালসি মীপুম খুদিংমক বামোন-কায়স্থ ওক্না ওইনিংলমাল্লে।" হায়রগা মথৌ নিংশিংলক্তুনা কদায়দনো অমুক চংখ্রে।

কাঙালীনা কনাদস্মু অমুক হায়জদ্রে। পুং অনিরোম অসিদা থঙলক-উরকপনা সংসারদা মাবু তশেংনা হনুবা ওইহনখ্রে।

ভুম্মিন্না ভগ্না ভগ্না লাক্কুনা মহাক শিরবী মমাগী মনাক্তা চংলক্লে।

ভুরেল মপান্দা কোম তৌরগা অভাগীবু হিপহল্লে। রাখালগী মমামা কাঙালীগী মখুত্তা পুনশিল্লবা চক্ক খুদাপ অমা পায়হল্লগা মখুৎ পায়হুনা মৈ চয়গা মমাগী মমাইদা চুহল্লগা লাক্কুনা হুন্দোকখ্রে। অহুগী মতুংদা ময়াম চংহুনা লৈবাক খোংচিন্দুনা মমাগী অরোইবা খুদম মাংহনখ্রে।

মীপুম খুদিংমক থবক চিল্লি—শুপ্নগী চক্ক খুদাপ অমথক্কদগী কাবক্লিবা মৈথু থরা থরা অহুদং লৈ লৈহুনা অতিয়া তম্না পাইথংলিবহুদা মমিং কুপ্তবমথৈ কাঙালীনা নোংথক্তা য়েংহুনা লৈ।

A4৭। লোইরবা